ফোঙদোকচবী

গৌরিশ্রী

ক্বাকৈথেল, থোকচোম্ লৈকাই

ইম্ফাল




মখুম য়েক্প

**অহনজাও**

অহানবা ফোঙবা—১৯৯৪

কোপী মশীং— ১০০০

মমল লুপা কুন

নম্ফম

আর বি প্রিন্টিং হাউস্

নাগা মপান, ইম্ফাল

লাইরিক ফংফম

১। ওঃ কেঃ ষ্টোর
প. উনা বাজার,
ইম্ফাল

২। কে পী স্টুডিও
ক্বাকৈথেল, থোকচোম লৈকাই
ইম্ফাল

# ব্রাহৌদোক

শ্রীমাও লীলাদা শিনফম ওইবশিংদা

খুদোল ওমজরি

## "তোকঙা মথুম হাংবা"

থব্রায়না পামজক্লই সাহিত্য
পায়মা থৈনা নুংশিজৈ সাহিত্য
ইজনীংঙি লাইরিক ফোঙজনীংঙি লাইরিক
ময়াম্না পাম্নবা থাক য়ৌদ্রবস্লু ॥

ফোঙদোক্নবা তরেৎ শেনজাদি লৈজদে
মরূপ মপাং লৈজদে
সহায় উপায় লৈজদে
ফোঙবিনবা মীস্লু লৈজদে ॥

মীয়াম্না পানীংবৈ থাক য়ৌদ্রবা লাইরিকলা ?
মীয়াম্না য়েংনীংবৈ থাক য়ৌদ্রবা কুম্মৈরা ?
খঞ্জানরি ॥

প্রমোদিনী

# লীলা মচা অনী য়াওরি

# ঙারাকপী মতৈ-মনাও মালেম কোয়বা

**( King Fishers' World Tour for Honey Moon )**

মীয়ামদা লাউথোকপা :—ঙসি তোকঙা মথুম হাংবগী থৌরমবু মিৎয়েং তাবিগনি হায় লেঙবিরকইবা খ্বাই থিবিক্কী মফমদা নোল্লুকচরি অহানবা ওইনা। অনিশুবদা ময়াম্বু তরাম্না ওকচরি। প্রোগ্রামগী মতুং ইন্না অহানবদা লীলা মচা অমা শান্নজগনি। লীলাগী মমিংনা "ঙারাকপী মতৈ মনাও মালেম কোয়বা"। ইংরেজীদা হায়রগা কিং ফিসর মতৈ মনাওনা ৱার্লদ তুর তৌগদৌরিবনি হানি-মুন ওইনা। হৌজিক মিৎয়েং তাবিরসি। ( ময়াম থুবাক থুবগী মখোল )

( লীলা হৌরমদাইদা য়ৈবা শেমবুংগী দোং লাউবা মখোল )

ঙারাকনিংথৌ—এ এ নঙনা ফমদৌরি চৌকিদু করম্বনো ?

ঙারাকলৈমা—সিদগীসিদনে।

নিংথৌ—অদুদদি নঙ ফম কদায় য়াগদগে।

লৈমা—করিগী ?

নিংথৌ—করিগী হায়বু চৌকী অনীদু চাউবা ৱাংবা কনানা হেনবগে হায়বা ?

লৈমা—সিনা হেল্লে।

নিংথৌ—অরাংবা অচোবদো অদুদা ঐনা ফমগদবনি। নঙনা খর হন্থবসিদা। নঙ নুপীনি হায়বা। নুপীনা নুপাদগী খর হন্থগদবনি খঙঙব্রা ?

লৈমা—হোয় নুপীদি মপোক তরেৎলক্কী পাপনা তাদুনা শারকপনি হায়দাইদো।

নিংথৌ—নঙস্থ ঐস্থ হৌজিক ফমফম লাংদা ফম্লেদো। ঐনা নঙবু কৌবদি অতৈ করিগী নত্তে। রা অমতা তানসি খল্লসি হায় কৌবনি।

লৈমা—ভারাক নিংথৌ ইবুংঙো ! করি য়ারাবু কোলোয়বিগে হায়বা তাকপীয়ুদো ননাওদা।

নিংথৌ—তারিবরা লৈমা ! কুমজা মশীং য়াম্লক্লেদো ঐখোয়না পুম্ব্রিসিদা নৈশিন নৈশিন লৈরক্লিবা। অমুক্তদি মালেম থুংনা কোয়গে হায়সে পায়মা থৈনা খল্লেদো লৈমা। নঙনা করিবু খল্লিবা চিঙ্গোইয়ুদো।

লৈমা—ভারাকনিংথৌ মপুরেল ইবুংঙো ! রাকম অদো ননাও-দি থায়নঙৈদগী পামজদুনা লাক্লবনি। হৌদোকচবা ঙমদদুনা তৌবনি। ঐনা লুহোংবা মৌরিঙৈ ইনেম ইকুনা য়াদে হায় হানি-মুনস্থ চৎহৌদ্রেদো।

নিংথৌ—অদুদি লৈমা হানি-মুন ওইনা মালেম থুংনা কোয়রুশিনে।

লৈমা—লাইবক ফবনি ইনিংথৌ।

নিংথৌ—ইশানৌ ইবেম্মা ঙারাকলৈমা মুংশিবী! রাফমসে নঙ ঐনা য়ানরেদো। অহল লমন্না হায়নবা লৈ অফবা থবক অমা পাঙথোকপদা থিনথফদে হায়বা। হয়েংমক খোঙ শান্নবা তৌরসি করি হায়গে লৈমা?

লৈমা—(হরাওনা খোইরুম মোমোন নোকুনা, কেথনা) হয়েংমক্তি খিৎ থুমল্লি। মশেম চৎসি। মশেমনা ফগদমাল্লে লোইয়ুম্বা।

নিংথৌ—মরমদি?

লৈমা—মরম হায়বু মালেম থুংনা কোয়গদৌরিনি মীরমদনি চৎকদৌরিবনা। অদুনা ফি রোল ফজ ফজবা থন্দুনা পুদবা য়াব্রাও? খর কেন্দ্রদি মীনা নোক্নরোইদ্রাও? হয়েংসে পোৎচৈ ফিরোল য়োম্মসে অদুই হায়রানি।

নিংথৌ—হোয়নহৈ। মতুম্দু চুম্মীবনিনে।

লৈমা—কোয়গদৌরিসিবু করি করি পোইরৈ লম য়ৌদৌরিনো অস্নপ্পও? ননাওদা খরা তাকপীয়ুদো পাম্মুবা? পুরীং খর লুমজনবা।

নিংথৌ—অহানবদা ভারতকী কোম্নুং দিল্লী। দিল্লী চৎপদা

কলিকতা ফাওগনি। কলিকতা য়েংগনি। অদৈ মথংদা কাশ্মীর, বোম্বে, কন্যাকুমারী, রামেশ্বর, তিরুপতি, পুরি অসিনচিংবা।

লৈমা --হায়রিসিবু ভারত কোয়রগা লোইদৌরি জাৎলাও ?

নিংথৌ—কদাইদগী লোইগদগেনে । য়াম লৈরিদা য়েৌগদবা লম ।

লৈমা—ঐদিনে, ঐদিনে, নিংথৌবাও ! ওভরসি হায়দো কোয়জনিঙিবো। সমুদ্র য়াংমদা। সাহেব অঙৌবনা লৈবা লৈবাক্তো, লমদো অদুদা।

নিংথৌ--ঐনা হেন্না কোয়নীংলিবনিনে লৈমা ! নঙনা কোয়-নীংলিবদুদৈ হেন্না।

লৈমা—অদো য়ৌগদবা লম মথৈ ননাওদা তাকপীরো। পূর্নীংসি খরা লুমজনবা হায়রানি।

নিংথৌ—ঐনা য়ৌগে নীংবা, নঙবু য়েংহন্নীংবদি য়ামথ্রে। পেরিসকী টারার কানীংদবরা নঙবো ?

লৈমা—হায়মা অদুদি য়াম কানীংঙেমি কমদৌনি।

নিংথৌ--আমেরিকাদি য়ৌনীংদ্রাও ?

লৈমা—ভাওরব্রাও নঙবো করি য়ৌনীংঙোইদৌরিনো ?

নিংথৌ—( চৌকিদৈ হৌগৎলগা লীলাগী এক্কীংদা মখুৎ মশা তিংথোক্লুনা ) থরান লীশিং লীশিংগী ভান্নফম মসিনা

তগুপ তরেং কেজফম, হোল্লিউড হায়বদো নঙ য়েংনীংদবরাও ?

লৈমা—মতুনবু পূন্নমক্তগী হেন্না য়েংনীংলে। লোইনা য়েংনীংলে হায়মি। কমদোদৌরিনো ? অতুবুদি পূন্নমক অদো ফংগনি হায়বগী ইমানগী মচা নঙোন্দা লৈরকইবা নত্রাও ? অমত্নু চঙখায় থাইনরগা। পাম্মুবাও মুংশি থোইবাও।

নিংথৌ—ইশানৌ ইবেম্মা! ভারাকলৈমা শকহেনবী! নঙবু পেলহনবা হায়বসে ভারাকনিংথৌ ঐগীদি ইথৌদাংনিনে ইথৌদাং।

লৈমা—শাবী ইবুংঙো ভারাকনিংথৌবা! ননাও র্রাফম অমতংদদি হঙ্গৎচগে।

নিংথৌ—অমতা নত্রবস্থ মঙা তরা হায়বদা ননীংনি পেম্মা। হায়যু হায়যু করি করম্বা য়াৱানো তাসি।

লৈমা—হৌখিবা মপোক্তস্থ কোয়জরুই মালেম থুংনা লোয়নত্নুনা থাইনথ্রবা ইশাবী অত্নুগা। পেল্লক্তেদো নীংবা থুংজরক্তে অপাম্বা। উজনীংবা সিনরী উজবা ফংলক্তে, য়োজনীংবা পোইরৈ লম য়োজরক্তে। হন্দক মপোক্কী খোঙচৎ অসিদদি মালেম থুংশিনে ভারাকনিংথৌবা।

নিংথৌ—ভারাকলৈমা! করি য়াৱানো চিঙ্গোইরিবা অত্নুবো।

নওনা হায়বা ইনবা হায়বসে ঐগী ইথৌনি হায়না ঙসাইনা হায়খ্রেনা।

লৈমা—অদুবুদি হায়খ্রে। অদুদনে।

নিংথৌ—তম্বা ওইবা ঐহাক্তি ইচিন অনী শুদবনি, ইরৈ অনী লোঙদবনি। অমুকপু হায়দোকখ্রবদি লোইরবনি। নিংথৌ ঐদি রা অনী শুনা চাংদবনিকো লৈমা।

লৈমা—খঙজেয়ে। রা অনী থোক্না ঙাংদেয়ে। হায়দোক-থিবা রা ঙাক্না চৎলে। এক জবান হায়না খ্বাইনা খঙনরিনে খঙনরিবা।

নিংথৌ—হৌথিবা মপোক্কী থোঙচৎতে লৈমা করিনা শাদোং ওইখিবা। পাউদম্মুদো শেংনা নবুংঙো ঐঙোন্দা।

লৈমা—নোংমদোন অপাইবী মালং বসগাড়ীনা ননাওগী শাদোং ওইখিদা ঙারাকনিংথৌবা কংলৈ মপুও অথৌবা।

নিংথৌ—অদুদৈ ফেয়ার হেনবা অচৌবা ফজবা তোংবদা হেন্না নুংঙাইগদবা নোংমদোন অপাইবী অতৈদি লৈত্রবরা ?

লৈমা—লৈরমনি! করি লৈতনি। খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাই-গদবা অদুদা পাইরগা লোইরেদনা করিনো।

নিংথৌ—নওনা য়ারগা লোইরে ইবেম্মা। ঐগীদি বেরা কৈমতা লৈতে।

লৈমা—অদো ফুপী ব্লানি হায়বিনুকো। লুহোংলমদাইদস্মু হাথু হাথু অফিং অফাই ওইনা তৌথিবনা ঈশৈ নোংমাই অমতা তাখিদে, শুমাং লীলা য়েংখিদে, ইপোম য়েংখিদে, পেনা তারক্তে, খোংজোংপর্ব্ব তারক্তে। অতুনা হয়েং খোঙ শানগনি হায়বগী মুমিদাং অতুদা ইমালোনগী ঈশৈ অমদি তাখিবনা ফেকো।

নিংথৌ—চুম্মি নঙনা হায়রিবতু। তাসি তাসি। মৈতৈ ঐখোয়গী শৈশক অশেংবা তারদি হৌজিক কালগী পাথং লৈশা মখৈনস্মু শাউররোই।

লৈমা—অতুদি নোংখোঙ কোয়বগীতু তাবা তারেদনা। অশেংবা মৈতৈ ঐখোয়গী পুন্নারী।

নিংথৌ—হোয় হোয় তাসি।

( ঙারাকপী মতৈ মনাও মালেম থুংনা হানি মুনগী কোয়বা চংলমদাইগী নোংমা ব্লাংলিতৈ মুমিদাংতুদা নোংখোঙ কোয়বগী ঈশৈ শরুবা থৌরাং। মীয়াম তিল্লে। ঙারাকনিংথৌ অমস্মুং ঙারাকলৈমা অনীনা লৈজবা ফিরোই ফিঙাম হোংতুনা ঈশৈ তাবা লেঙথোরক্লে। ফমফমলাংদা ফমথে। ময়াম্নস্মু লৈমা

ঙিংথৌ অনীমক লেঙথোকপীরক্লবনিনা ঈশৈ হৌবা য়ারে হায়নরক্লে। )

( ঈশৈ হৌরে। ঈশৈ ময়েক্তি মতম মতমগী হোঙলকইবা মতুং ইন্না )

( ঙারাকনিংথৌ অমস্তুং ঙারাকলৈমা অনী ঈশৈ লোইরতুনা মথং মথং হৌগৎতুনা ইমুংলোমদা চঙলকই )

ঙারাকনিংথৌ—লৈমা, ঈশৈদো ফনা মুংঙাইনহৈ।

লৈমা—হোয়নে মুংঙাইনে। নোংখোঙ কোয়বগী ব্রারীদো নহাল মথৈ ঐদি খঙদবা।

নিংথৌ—ঐনা মুংঙাইরিদ্দি মহোয়গী ঈশৈ ময়েক্তো। হৌজিক কালগী পাখং লৈশানা পাম্বমথৈ শুনা য়াওরে হায়বা।

লৈমা—খঙদে কদায় কদায়দগী লোৗরুরিবনো ইশু হেক শুই।

নিংথৌ—মখোয়দি মতুগুম্বদা থিতুনা লৈরিজাংনি। মহোয়গীদি কারবারনে কারবার।

লৈমা—ঈশৈ হনবী নুপীদো মখোলস্থ ফৈনে। মশাকস্থ ফজৈ রাশী লৈ ঐদি ওস্তোক্লা মুংশিজখ্রে। মোত থোকপনা ফজরিবা। শাবান মৃত্তিনা চঙখোল্লিবা।

নিংথৌ—হানি মুনগীদমক ব্রার্লড টুরগী খোঙশানগদবা মুমিৎ হয়েংনি। যাত্রাগী পৃংফমতু অঙনবা ওইরমাল্লেনে।

লৈমা—মাম্নি অঙনবদনি।

নিংথৌ —অদুদি খর ঙন্না তূম্বনা ফৈনে ঙসিদি। চঙঙসি লাকও তূম্নবা তৌরুরসি।

( অনীদু লেঙ্গোন্নদুনা চঙখিবা )

( ২ )

ঙারাকপী মতৈ মনাওনা হানি-মুনগীদমক মালেম কোয়গ-দৌরি। খোঙ শানবা নুমিৎনি। যাত্রা তৌরে। স্বর কদোমদা লৈগে য়েংলি খোঙ শানগদগী।

ঙারাকনিংথৌগী ফিজেৎ কমদৌই ?

খোঙগ্রাও অচোনবী তপ নম্বী, কোট, টাই, অরাংবা মচু শুবী হিগোক অঙাংবা, পেক্রুক মচু, নাপু কমলা মচু, মঙ্গা মচু, মচু মচুনা লাংবা অরাংবা ঙাক্কা। ঙারাকনিংথৌ ঙক্কা কোঙ্গোয় কিরে। টুপিনা ক্রিকেটকি টুপি লাইশন তাবী। খোঙপনা খুদোন তূম্বী খুনীং রাংবী। হেক উবদা অদুম মাল্লবনি ঙারাকপিনী হায়না খ্বাইনা খঙনরিবা।

ঙারাক লৈমগী ফিজোলদি কমদৌরি ?

ছারী ঙাংশং ঙাঙবা অমা শেৎ। ফুরিৎ শংত্রিক শংবা অমা লিৎ। মশম বেনী অনী ফাংনা লোন। নাকন অনী থাদবী। বেনীগী মতোনরাই রুমাল মচা অরাংবী অমমম্বা কিশি কিশিল্লি। মরায়বক্তা নম্বী শিন্দুর নেপালি নুপীগী খুৎকেনি।

ঙারাকনিংথৌনা ব্রিফ কেশ অমা পায়। কাংচূপ অমা মচিন্দা চুপ্লী। ঙারাকলৈমনা শংত্রিক শংবা হেণ্ড বেগ অমা পায়। অনীদো কারণ্গী কুমথরকই. লেম্না য়াম্না চীং লেম্না! অনীতুনা চিংশিল্লি মীয়ামগী মিৎয়েং। এয়ারপোর্ট অতুদা লৈরিবা মীয়ামগী মিৎয়েং।

রেতিং রুমদা চঙখি। সোফাদা ফম্লি মখোয় অনী।

থম্বৌ - নমস্তে তাইবুংঙো নমস্তে।

নিংথৌ—নমস্তে ( হায়রগা কাংচূপতগী মৈথু শাংনা কামথোকই। )

থম্বৌ— কদায়দা লেঙবিগদৌরিনো তৌরকইসিবো?

লেমফূ—এঃ ইতৈমা ইবেম্মসু য়াওরিনা। ইতৈম্মবেমা নমস্তে।

লৈমা—( হরাওনা ওকই। খোইরুম মোমোন তৌ ) নমস্তে ( খুবাক, খুবাক হৌনা খুই কাও হাৎপদৌনা )

নিংথৌ—( য়ারক হাইফেৎ ঙং, মৈথু তান নাইনা কামথোক, খর পোংলপ তৌ খুমজরকই ) নতৈমা ইবেম্মসে হানি-মুন চৎহৌদ্রে। লম-তু য়েংবা ফোরেন তুর তৌরুসি হানি-মুন ওইনা হায়রিয়ে। অতুদা।

থম্বৌ—এঃ এঃ হানি-মুন নিনে তাইবুংঙোহোয় ইতৈমবেমহোয়না লেঙবিগদৌরিসে।

লেমফূ—করি করি লৈবাক য়ৌবিরক্কদৌরিনো?

নিংথৌ—হেক য়াবমথৈ য়ৌরক্কে থল্লি ইয়াম্বা। নতৈমা ইবেম্মনা য়ৌনীংভি হায়বদি য়ামখ্রে। অদুদা।

থম্বৌ—করি করি লমনিনা ইতৈমা ইবেম্মনা য়ৌনীংভি হায়রিবো?

নিংথৌ—নতৈমা ইবেম্মনা মালেম থুংনা কোয়সি হায়রিয়ে। নতৈমনা বোম্বে য়ৌরগা লতাগা ঈশৈ অমস্তু কাংননীংগুম তৌব্রা? প্যারিসকী টারার কানীংভিস্তু হায়। হোলিউদ য়ৌরগা ইলিজাবেত টেলরিংগা নত্রগা সোফিয়া লোরনিংগা এক্টীং থেক্লনীংগুমস্তু তৌব্রা খঙদে। মহোয়না এক্টীংদা পংহেন হেনবা নত্তে হায়না তক্তুনা শোনবা তায়। ঐস্তু এরোল ফলাইয়িংগা উন্নরক্কে রা অমতা ভাওনরক্কে থল্লিবনি। মৈতৈ মচাশিংসে ফিল্ম য়াম পুথোক্লরে। ঐস্তু থম্বা-থোইবীদো ফিল্ম ওইনা পুথোক্কে থল্লিবনি। হোল্লিউদতগী ফিল্ম স্টার অমা অনীদংস্তু নেকলকসিরা থল্লি। খঙদে।

লেমফু—নেকপীরকউ তাইবুংডো নেকপীরকউ। মৈতৈ মচাদিশে তাইবুংডো অনৌবা য়াম পাম্বনি কা হেন্না পাম্বনি হায়জরিবা।

নিংথৌ—নতৈমা ইবেম্মনবু লতাগী রেকোর্ড অমা লৌরকসি হায়না কন্না তকলিয়ে।

থম্বৌ—লৌবিরকউ তাইবুংঙো কান্নগনি। লতানা মরোল খোইবদো ঐখোয় য়াম তাজনীংঙে। ঐখোয় মৈতৈ মচানে কাউবিগনো তাইবুংঙো। অনৌবা পাম্বা।

নিংথৌ—অদুবুদি চুম্মীবনিনে চুম্মীবা।

লেমফু—তাইবুংঙোনা থম্বা থোইবী ফিল্ম নম্বীগনি হায়দো ডাইরেক্তরদি কনাবু ওইহনবিগে খল্লিগে?

নিংথৌ—ফিল্ম স্যুতিংগী ডাইরেক্তর অদু নেকসিরা হায়না ইয়াম্বনা।

থম্বৌ—য়াই তাইবুংঙো য়াই। ঐখোযস্তু মাবু সজেস তৌজগে তৌরমলিবনি। মাগী ফিল্ম স্যুতিংদো অয়াম্বনা মোইরাং থোইবীগী ভাক ওইনা তৌইনে।

লেমফু—চুম্মী চুম্মী। মোইরাং থোইবীগী ব্রারী ভাক্তনি মাগী ফিল্ম স্যুতিংদো। মানা ডাইরেক্তর ওইরদি থুংলোইরনি মাগী রিহিয়ারসেল চঙঙরোই হায়দি লোইনা চিনফা পুরবনিনা হায়জরিবা। মা হৈস্তু য়াম হৈজাংনি। মীতৌ তম্বদস্তু ফার্স্ট ক্লাস। লম্বা লৈত্তবনি।

( ভাঙনরিবৈ অসিদা মাইকতা লাউথোরকই— সিলচর

ফাওরগা কলিকাতা চংকদবা যাত্রিক-মথৈ সিকুরিটিদা চঙবা য়ারগনি। )

থম্বৌ-লেমফু—তাইবুংঙোগা ইতৈম্মা ইবেম্মগা লেঙবিখিবা তারেনে। উইস ইয়ু হেপি জরনি। নমস্তে নমস্তে।

( ঙারাকনিংথৌগা, ঙারাকলৈমগা অমস্তুং থম্বৌগা লেমফুগা মথোয় মরী খুৎ হাইনবা। বিদায় তৌনবা। নিংথৌগা লৈমগা প্লেনগী কৈরাক কাতুনা অরোইবা ওইনা খুৎ হাইনবা। মন্নুং চঙখিবা। )

থম্বৌ—য়েংবা হৈরদি কুমহৈগী কুমহৈ ঙাক্তনিনে ছুনিয়াসে।

লেমফু—মথোয়গী ফিজেৎ চাকশেৎ অসে মরিং মরাংঙি হায়বা মথোয় কৈমত্তা খঙদজাংলাও ?

থম্বৌ—খঙলদি কৈদৌ অস্তুম শেৎলু চাকনি হায়গে ? খঙদ-ছুনা তৌরিনি।

লেমফু—চুম্মিনহৈ। খঙলবদি মথোয়।

থম্বৌ—নত্তেনে বন্ধু ! মথোয়সিদি হন্দক মপোকসিমগী ভাব তাররোইদ জাৎনি হায় ব্রানি।

লেমফু—তাররোই তাররোই। ময়াম্না য়েংলিবা মিৎয়েং, মথোয় কৈমত্তা উখিদে। শামিন অমত্তা ফংখিদে। ফংস্নু ফংঙরোই হন্দক লাঙোন মপোকসিমগী।

( নোক নোক থোকখিবা )

( ৩ )

( ভারাকপী মতৈ মনাও কলিকাতা য়োরে। কুমথরে প্লেনদগী। লৌথোকলে মাল। টেকসী তোংলে। সহর তম গাড়ী থৌরি। গাড়ী মঙ্গুংদা নিংথৌ লৈমা অনীদো য়ারী শারি। )

লৈমা—হাইমা নিংথৌবা!

নিংথৌ—কৈনো?

লৈমা—বস গাড়ীসে অনী অনী ফাং লোয়রিসিবু করিগীনো হায়মি। অমা য়াদ্রা জাংলাও? য়াদবা গাড়ীহু চিংডিরাও?

নিংথৌ—হেরা কদাইদগীনোদা নঙসিনা ভাঙথোরবপমা। কলিকাতাগী বস অনী ফাংবি হায়দুনিদনা।

লৈমা— ও ঐদি খঙদবা।

নিংথৌ—মী য়াম চন্নবা শেম্মিবা গাড়ীনে। লীকখ্রপোংনি মহোয় বাঙ্গালী হায় জাংসে। এয়ারপোর্টতগী দিল্লীকাও পাইখিবা য়াবনি অতুদা নঙবু কলিকাতা য়েংহনগে নোংমতং ফাইরগা হায়দুনা লাকলিসিনী।

লৈমা—হুংভাইজরেদকো সত্য। নঙগী মনাই হুপী ওইবা ফংজবসে পোকপগী মহয় য়াল্লে খঙভব্রাও? ( কোনগে তৌবা )

নিংথৌ—সে ফজদে হায় ব্রানি। মীগী মমাঙদা। নখুৎতো তিংথোরক্কনো। ( কনথবা )

লৈমা—হাইমা কাইদামনিনহৈ। ও হো ঐদি ড্রাইভর য়াউই হায়বা কাউরুবা।

নিংথৌ—করম্বা হোতেলদা থুংশিগে ?

লৈমা—ঙসি অহীংসিমা লেকপগীরা ?

নিংথৌ—হোয়নে। মণিপুর ভবনদা থুংসিরাও ?

লৈমা—মণিপুর ভবন হায়দি করিনো ?

নিংথৌ—মণিপুর ভবন হায়বদি মৈতৈ মচা মণিপুরদে লাকপা ময়ামগী থুংফম লেকফম চাফম লৈবা য়ুম অদুবু মণিপুর ভবন কৌয়ে। মীথুঙশঙনে। ইংরেজীদা হায়রগা মণিপুর হাউস হায়না খঙনৈ। হোতেলগুম্বা জাৎনি।

লৈমা—মাই মাই ঐদি লৈবা ঙমজরোই। ঙম্মোই হায়রি-সিনী। মণিপুর হাউসতা লৈজনীংদে।

নিংথৌ—করিগী ?

লৈমা—করিগী হায়বু মৈতৈ মচাদি নোক্ল য়াম চাউরে। নোক্লরক্কনি ঐখোয়বু।

নিংথৌ—মদুমদি চুম্মিহৈ এটিকেতসু কয়া য়াওরবনি থোংনাউ পরদার হাইগং হাইগংতুনা হেক্তা ঐখোয়দা

য়েংঙকনি। চঙঙক্কে হায়রবা পারমিসনস্থু লৌবা তৌদনা পরদার হাইদোক্কু্না হেক্তা ঐখোয় লৈবা কাদা চংঙকনি। সোফাদা ঙেক হেক্তা ফমনি।

লৈমা – অহুনবু ঐনা লৈনীংদে হায়রিসিনী।

নিংথৌ—অহুদি কদাইদা লৈবা তারে !

লৈমা—মমল য়াম্বা হোতেল ফার্ষ্ট ক্লাস হোতেলদা থুংসি। পংনা লাকপা ঙম্বস্থ নত্তা। লাকইঔঙেসিদা মুংঙাইবা হোতেলদা থুংঙগা লোইরসিবো।

নিংথৌ—হোয়দা। ড্রাইভর ! অছাব্বালা হোতেল মিলেগা ? ক্যা ?

ড্রাইভর—মিলেগা স্যার মিলেগা। অছা ব্বালা হোতেলতো ফাইভ ষ্টার হোতেল হোগা।

নিংথৌ—ফাইভ ষ্টার হোতেলমে চলো।

ড্রাইভর– হ্যা সার।

( ফাইভ ষ্টার হোতেল য়ৌরে। গাড়ী থামলে। ড্রাইভরনা হোতেল ম্যেনেজর মশক ভাক্লে। নিংথৌগা ভাংননবা শিল্লম্লে। মাল, গাড়ীদগী থাংথরে। মেম সাহেব প্লশিন্দুনা রেস্তিং রুমদা ফমহল্লে। লৈমদি মপোকঔঙেদগী উম্রিবা ময়ামহু অঙকপা অমগা লোয়ননা কোয়েং-য়েংলি। )

ম্যানেজার—দবল সিতেদ, সিঙ্গল সিতেদ, ওল উইল বি এভেলেবল। আপ কোন রুম চাহিয়ে!

নিংথৌ—দাম কিটনা ?

ম্যানে—( লোন ফজনা হৈতে হায়বত্থু মেনেজারনা খঙলে। মোমোন নোক্লত্থুনা ) রুম চার্জ্জ রুপিজ 500/- পার দে। ফুদ এন্দ আদরস একষ্ট্রা।

লৈমা—নিংথৌবাও! করি হায়রিনো গানা লোল্লিদো ?

নিংথৌ—অত্থুবুরাও নখোয় কয়াম কুইনা ঐখোয়গী হোতেল অসিদা লৈগনি হায়না হংলিবনিনে।

লৈমা—ঐখোয় পৈশা খরা পায়রমগনি খন্দুনা খরা কুইনা লৈহল্লীং তৌরিনে। লৈরসি সিদা সুম। মুংবু মুংশিনে শক্লা শক ফজরিবা। কেবস্থু হৈখ্রে। ফিজেৎনা ফজরিবা। নিংথৌবা নঙনা নখুৎ নশা থেকখিবত্থুনা করি হায়রিনো ?

নিংথৌ—মুমিৎ নিনী লৈগনি হায়ত্থুনা এদভানস্ লুপা ১০০০/- পীরম্বগী ল্লানিদা।

ম্যানে—হায় বিয়ারর শুনো রুম নম্বর ১৩ খালি হৈ। লগেজ লেকর জাও। চাবি লে লো। সাহেব, মেমসাহেব-কা সাত চল্লো। দোনোংকা রহনেদো।

লৈমা—ষুংশিন্নমনে। ঐখোয় অনীবু সাহেব মেম-সাহেবকাম্ব হায়রিনসে।

ড্রাইভর—সাহেব ভারা দে দো। ডের হো জায়গা।

নিংথৌ—ঐদি কাউথোকলুরেদনা। কিটনা ?

ড্রাইভর—১০০ রুপয়া। পেট্রোল দাম বহুৎ হৈ।

( নিংথৌনা লুপা ১০০ পীবা ড্রাইভর সালাম তৌরম্মগা থোকখিবা )

( ভারাকনিংথৌ ভারাকলৈমা রুম এতেনদেস্তকা লোয়ননা হোতেলগী মথোন ৩ শুবফাও কারকই। কাহু থোঙ হাংদোক্লে মপোৎ মচৈ থাংজনবিরমলে অহুদৈ নিংথৌদা শো পীরম্লগা এতেমদেন্ট থোকখ্রে। লৈমনা কা মনুংদা লৈরিবা পোৎচৈ কারনিচরমচিংবা, লাই থেৎলিবশিং অমতা চিৎথদনা য়েংলি সোফাদা ফম। নিংথৌনা স্যুই মেৎ মেৎ মেৎতুনা য়েংলি ইরুজফমনচিংবা। বোইলারগী স্যুইদি মৈঙাল থোরক্ত-বনিনা মুথৎলমদে। )

লৈমা—কলিকাতা হায়বসি নীংথম থাদস্তু শাবোরে। চনপ খোইনপহুনা হুমাংনা লোইরেনে হকচাংসে। অমুক্তং ইরুথোক্ত্রবদি।

নিংথৌ—ইরুফমদা চঙলগা কোক হেক লুথোকলুরো। খর ইওনবা।

লৈমা—ইরুকমদা চঙত্রম্ব য়ানিয়ে। ইরুবদা তুম্মবা কনেক
মাওরকএ।

নিংথৌ—খোঙচৎসি বাদৌরিদা ঐদি।

লৈমা—কৈদৌরে?

নিংথৌ—পেম্মা অসিদদি কনেক তুমহনা মপান খোঙ্গা মৈথৈ
লৈবাক্তা তৌবগুম ইরুকম লৈতেনে।

লৈমা—অদো খঙদবগী হায়রানি। খঙদরবু তাকপিরগা
লোইরেদনা খঙনবা।

নিংথৌ—চো চো নঙ হাল্লা লুথোকল্লুরো। নঙ লোইরগা ঐ
অমুক লুগে। দুংখিল ঙহাক চৎথোকসি।

(লৈমা ইরুকমদা চঙথি। ঙহাক লৈরগা ইচোৎ চোৎনা
চেম্থোরকই)

লৈমা—হিংচাবাও! করিগীমো নঙনা ঐবু চাইগ্রানা শান্দ্রেমবী
হাৎকুম হাৎকে তৌরিদি। হিংচাবা কম থোক্লগবু
হৌনব্রাও? নঙনা ঐবু তৌবিরিসি কৈনোমি।
লংকৈদা ঐবু পুথোক্লগা হাতোকে। অফগা অতোপ্পী
অমা থিগে থম্বিবরাও? পুকফত্তা।

নিংথৌ—কৈদৌরগে? তৌরিল্লিবো?

লৈমা—কৈদৌরগে মক্তেনে। নঙনসে পোকপ্রা য়েংউ সে।
(মনঙন ওম্মোকপা। বিয়ারম চঙকপা। কৈদৌরে

হায়না হংবা। থুম্বা বিয়াররনা মরম খঙলহুনা ইরুকমদা চঙহুনা য়েংবা। বোইলরগী স্মুই থাহুনা লৈরম্বা। নিংথৌ কৌশিল্লগা তাকপা। স্মুই মুথৎ-লম্লগা মখোয় অনী থোরকপা। )

বিয়ারর—সাহেব ইভিনিংমে ক্যা পিয়েগা চা না কফি ?

নিংথৌ - হ্যা চা পিয়েগা। দো কপ। চা লেকর আও।

বিয়া— দো কপ খালি চা।

নিংথৌ—লৈমা চাদমক থকসিরা ? অচাপোৎ য়াওবা পাদ্রাও ?

লৈমা—ঐদি অচাপোৎ অমা য়াওদ্রদি চাদ থকপা হৈনদে।

নিংথৌ—খানেকা লিয়ে কুশ লেকর আও। স্মুনো ঘুমনেকা বাহার জায়গা টুরিষ্ট কার সারে পাঁচ বজেমে তয়ার করনেকা ম্যানেজার সাহেবকো বোলো। হ্যাঁ

বিয়া—জি স্যার। ( বিয়ারর থোকখি )

( ভারাকপী মতৈ মনাও কুমথরকই মথক্তগী, কোয়বা চৎকদগী। ভারাক নিংথৌনা ম্যানেজরদা এয়ার ওফিস করম্বা মতমদা হাংঙি হংবদা ম্যানেজরনা করি মরমগীনো গায়না হংলকই। টিকেটকী এয়ার অফিস চৎকে তৌবনি থুম্মী। ম্যানেজরনা খুদক্তা ফোন পায়খৎতুনা দিল্লী ফাওবগী টিকেট হংঙি ফংগদ্রা হায়না। মুমিং ৫ নিরোম্ন সিট লৈত্তে টিকেট ফংখিরোই হায়রকই। মতুদা ম্যানেজরনা নিংথৌদা টিকেট পীয়ু য়েংগে

হায়। নিংথৌনা পুথোক্কুনা পী। য়েংবদা দিল্লী ফাওবগী লৌরক্তে হায়বা খঙথি। মখোয় টিকেট ফংদবগী মুমিং নি কলিকাতাদা পনবা ভাগ্রে। বিয়াররনা হংভি মুমিদাং দিনর চাগদ্রা হায়না। নিংথৌমা খুম্মী চাগনি। ভিজিতা-রিয়ান নত্রগা নোন-ভিজিটারিয়ান কররম্বনো চাগদবা হংবদা )

নিংথৌ—চাকসি নিরামিস চাসিরা নত্তবা চাসিরা লৈমা ?

লৈমা - ঐদি নিরামিষ হৈনদে। নিরামিষ চারোইসি। ওম্বোকনা ভনজগ্রে। লম থোক্লকলগবু নিরামিষ চায় হায়ব্রাও চাওখৎতবা মাল্লি হায়ব্রানি।

নিংথৌ—শুনো দো আদমীকা লিয়ে দো খানা ভয়ার হাঁ নোন-ভিজিটারিয়ান। মালুম হৈঁ।

বিয়া— জি সরকার মালুম হৈ।

( বিয়ারর থোকখি।—নোং ভাল্লে। অয়ুকনি। বেদ টি পুরকই। অনীভু থকমিম্নে নোক নোক্লুনা। বিয়াররনা ব্রেক ফাষ্ট পূং কয়া ভাবদা পুরকউগে হংভি। নিংথৌনা পূং ৮ই ভাবদা পুরকউ হায়খি )

লৈমা—ভরাং মুংদাংগী ইঙ্গাংদু হাওখ্রেবো কত্তক তৌরদুনা উই উই লাউরদনা য়া খাওভি হায় রানি। ঐদি হাউজখ্রে।

নিংথৌ—ভসিস্থু চাসিরাও ?

লৈমা—ঐদি চানীংঙিবো। ভসিদা নত্রবস্থু ঐখোয়না কলিকা-
দা লৈরিখৈ চারগা লোইরে।

নিংথৌ—চাস্থু ভাইদনা। মন্থু চাগে হায়বগীদমক কোয়রকইবা
নত্রাও? অস্থুক লাপ্পা।

লৈমা—স্থুংভাইদকো সৈন্তা। নিংথৌবগী ব্রাহ্ম ভাবদা ঐদি
পেল্লবনে পেল্লবা চাত্রস্থু থল্লবনে।

(ভারাকপী মতৈ মনাও দিল্লী পাংগদবা স্থুমিৎনি। চাবগী,
লৈবগী বিল পুন্না পুরক্কুনা নিংথৌদা বিয়াররনা পী। বিল
উবদা ভারাক নিংথৌ থংপ্রেক থংঙি। থল্লি কররা অস্থুক
য়াম্না তারমলিবনো।)

নিংথৌ—করিগীনো বিল অস্থুক য়াম্না তারিসে?

বিয়া—সাহেব ঐ শন্দোক্লা হায়জররকে।

নিংথৌ—ঐখোয়দি নোংমতস্থু লণচ্ চাদে। দিনারস্থু চাখিদবা
য়াউই।

বিয়া—সাহেবহোয়নদি লণচ্ চারোই দিনার চারোই হায়বি-
রমদবনিনা থাক্কুনা থমজৈ। কনাগুম্বনা করিগুম্বদস্থু
খেঙনা হল্লকলগা হংলকপা য়াউই। পৈশাদি শুনা
পীবিরম্বা তায়। সাহেবহোয়না চারোই হায়বিরমদ-
বনিনা।

লৈমা—ইবুংঙো নহাক মখৈদি মৈতৈয়োল ঙাওবা তাদে ঙসিদি ফজনা ঙাওখ্রে। কনাদা তম্মুরিনে।?

বিয়া—ইমা, ঐ মৈতৈনি। মণিপুরদগী লাকপা।

লৈমা—হায়মা! করম্না কনাগা লাকইবা?

বিয়া—ইমা লাইবক থীবগী য়াতু ইমাহোয়দা তম্নীংদেদা।

লৈমা—করিগীনো ইবুংঙো? ইমাদি য়াম তানীংঙিবো। তম্মুবা।

বিয়া—ইমানা তানীংঙি হায়রবদি তম্মগেকো ইমা। ঐগী ইমা ইপা অনীমক শিখ্রে। ঐগীনি হায়বা কনাসু লৈতে। ঐগী শাগৈগী খুরাশিং থোকপা অমনা ঐবু কলিকাতাদা লাইরিক তমহনগনি হায়তুনা পুবিরক্লগা হোতেলসিদা থম্বীরম্মী। অতুগা মাপী মরুপ অমা উনরুনি হায় চংখি থুনা হল্লকনি হায়রম্মী। অতুদৈ মাদি অহুম হল্লক্রে। লাকমনদ্রবা অতুদা হোতেল ম্যানেজরদা হংই। ম্যানেজরনা নঙগী নখুরাদি নঙবু উনবা অমুক হন্না মফম অদিদা লাক্লরোই নঙবু হোতেলঅসিদা য়োনথোক্লমলবনি। মমল ঐঙোন্দগী পুতুনা চংখ্রবনি হায়। ঐনা মতম অতুদা শুরমগদবা চহীসি ৯/১০ অতুরাই ওইরমনি।

লৈমা—অতুদৈ নঙ সিদা স্নুম লৈরবনিনে।

বিয়া—লৈরে ইমা উপায়দি করি লৈরি। ইমা নত্রগ পাজি অনীগী মরক্তা অমা লৈরম্লবদি খুরানা ঐবু য়োনথোক-পা ওম্লমলোইদবনি। ( হায়রংগা মমিৎতা মপি শিস্থহুনা হীক হীক কপ্পী )

লৈমা—( মাগী বেগতগী ৫০ চৎপী অমা লৌথোক্তুনা পী ) সে-নও করিনো অমা লৈহুনা চাও। ইকায়গনু লৌসে। নও মণিপুরদা থোক্লক্লবদি ইমাগীদা চঙওক-উকো। মীশিংসে ওমপ্রেদকো। তৌ ওম্বসে মৈতৈ মচানা খিং হেল্লিসে। মথুরাদো মুংশিখিত্রেদা মচা ওইরদি কদাই য়োনথোক্কদগেদো।

নিংথৌ—লৈমা লাকওনে চৎলসি থেংশ্লনিনে। নওনা বিয়াররদা পীরম্লিহু, পৈশা নত্রাও? ঐনা লুপা ২০ অমম্বু বকশিস পীরম্লবনিনে। নওনম্বু অমুক পীরম্লবা।

লৈমা—হোয় পীরমলে। পীরম্বগী মরম য়াম লৈ। কোম্না লীগে থওনীংলগা।

( ৪ )

ঙাৰাকপী মতৈ মনাওদো দিল্লীগীদমক প্লেন তোংহুনা চৎলি। দিল্লী য়ৌরে। মোগোলা লৈকোল য়েংলে। রাজ-ভবন, কুটুব মিনার, লাল কীল্লা, কনৌট প্লেস, বীরলা ভবন,

থায়নগী মোগোল সম্রাটশিংনা শারম্বা ফুম্বা দলান অমনবা ময়াম য়েংলে, য়েংবা য়াবা মথৈ শুনা য়েংলে। ফুমিং মঙানি-রোম অমা দিল্লীদা লৈরে। অশোকা হোতেলদি মৈতৈ মচা অমতা লৈনদ্রি হায়ত্থনা ভারাকনিংথৌ মতৌ মনাওদি অশোকা হোতেলদা থুংডি। শেল খুতিংদি কলিকাতাগা অতুম্মক মাম্বে। হোতেল তাণ্ডবদি দিল্লীনবু থর হেল্লি। অশোকা হোতেলগী দিনার টেবলদা শাজাইবত্থু উবদা লৈমনা কয়াদা ওকথিবা।

মথংদা চৎলি কাশ্মীর। ভারাক লৈমদি ঈংবা কয়া হৈনদে। কাশ্মীরদদি য়াম্না ঈংই অত্থনা থরা·থুনা হনসি হায়। কাশ্মীরদস্থু মমিং চৎলবা দাল পাৎ, পাৎতুগী মনুংদা তাউত্থনা লৈরিবা নেহরু পার্কনচিংবা য়েংলে। কাশ্মীরগী হৈতুপ পেল্লা চারে। কাশ্মীরদদি মথোয় ফুমিং নীনিতমক অহীং লেকলকই।

মথংদা চৎলি বোম্বে। বোম্বে য়ৌরে তাজ হোতেল য়েংলে। ইন্দিয়া গেট য়েংলে। ভারাক লৈমদি লমশাং লাকপগী রাবনে, বোম্বেগী মীয়াম, অকেবী ময়াম, ফিল্ম ষ্টার ময়ামত্থু উবদা পুমঙাউ ভাউথরে। মমিৎ তন্দন পাইথরে। মফম থওখিদরে। লৈপাক্কা ঙেক ফমথখরে। য়াম্না ফিল্লো ভারাক নিংথৌনা কৌই।

নিংথৌ—ভারাকলৈমা তারিবরা ?

লৈমা—অতুক ফিংনা কৌরিবো করিগীনো ? ভাইখোও, ঐ কোক ভাওরিয়ে।

নিংথৌ—ভারাকলৈমা ভাইখো তুমিন্না থোঙ লোনশিন্দুনা ঐখোয়নী ব্লা অমা তানদবা য়াদ্রে। তপথবা য়াদ্রজাৎনি।

লৈমা—করি ব্লানো ? কৈদৌরগে ?

নিংথৌ—কৈদৌরগে নত্তেনে। শেল লৈত্রে শেল অমতা লৈত্রে।

লৈমা—ফুরিংখাও চপথ্রবরাও নিংথৌবা ? ( মুংশা থীনা মমিৎ ইরং লংথৎতুনা )

নিংথৌ—ফুরিংখাও চপথিবা নত্তেনে। খরচ তৌমন্দুনা লোইখিবা লোইখিবা।

লৈমা—কমদৌনি অতুদে ?

নিংথৌ—লুপা লীশীং য়াংখৈ পুরকপা নত্রাও ঐখোয়বো ?

লৈমা—পুরকএ চুম্মে লুপা লীশীং য়াংখৈনে ঐখোয়না পুরকপা।

নিংথৌ—পৈশা থীহুনা য়েংবদা স্নুপ্নগী লুপা লীশীং ২৫০০ দা মঙাইরে। লৈরিবা শেন্দা অসিনা মসিদগী মণিপুর থোকপদা প্লেননা পাইবা কোম্নরোই। মফম অতৈ য়ৌবস্নু য়াররোই কমদৌনি।

লৈম—অতুদি হনবা তারেদনা। করি উপায়দি লৈরিদো ? হনবা নত্তনা।

নিংথৌ—কন্যা কুমারীদি য়োদ্রেদো লৈমা। সমুদ্রগী মপান

নাইত্রবা ঈমায়থক্তা সূর্য্যদেবনা লিখৎলকপা। অমুক মুমিদাংরাইরমদা ঈমায়থক্তা খজিক খজিক লুপথখিবা উত্রেদনা ঐখোয়। চাকত্রেদা।

লৈমা—ইমা ইবেম্মা কন্যাকুমারীনা চানবিত্রবনিনা কমদি তৌনি হনবা তারেদনা। করিদা করম্বা গাড়ীদা তোংত্নুনা চৎলগা ইমা লৈবাক মণিপুর য়োগদবা।

নিংথৌ—রেল গাড়ীদা থার্দ ক্লাসতা তোংলগা হনবা তারেদনা।

লৈমা—মহোয় থার্দ ক্লাস হায়বদো তনজখ্রে নমথীরমগনিনে। পামদবা ভাক্তা থোক্কদৌরিদা কম্নো।

নিংথৌ—হৌজিকপু নমথীবা নমথীদবা থিবা য়ারিব্রাও? মুম য়োবা লাইহুম খুরম্মু।

লৈমা—শেলগী থনবদা খৌনাওসে গ্রক গ্রক কংলে। চাহুম থকনীংলকই। ফোও ফোও শাবা চাদো। অশাবা চা কপ অমমমতং থকসিবা।

নিংথৌ—নঙগী হৌনবী তৌরক্লবরা? ঐদি শেল লৈশিল্লক্তে-বসিদা চা থকনীংবদি হায়রুম্মু মাথা শারবনিনে শারবা ইবেম্মা মহারাণী। মুংভাইবা পাম্বী।

লৈমা—শেল য়াম্না য়াওরক্রে হায়হুনবু চা কপ অমা থক্কনা য়াব্রাও? অঙাওবাও।

নিংথৌ—হায় বোয়! চা দো কপ ল্যাও।

লৈমা—হায়রিসিবু খালি চা ভাক্তা থক্কদৌরি জাংলাও ?

নিংথৌ—খালি চাদগী হেন্নবা পৈশা লৈত্রে পেম্মা। খালি চা থক্কদৌরিসে নরাইবক্তু শাবরা ঈংবরা হায়দুম য়েংঙু। ফবু ফমনগ্রে।

লৈমা—অদো চা থক্লদি চিনসি ইথুম থুম্মি ফনবা জারদা পানদো মতম অমমমতং চাসিদনা। মদু লৈনবা পৈশাফাও লৈত্রা জাংলাও ?

নিংথৌ—লাকও লাকও ঐখোয় অনী থোক্নুনা পান দোকান্দা হেক চারুরসি।

লৈমা—হায়রিসিবু অঙাং থাদুনা লৈহল্লু য়াদবরাও।

নিংথৌ—য়াই অদুদা মহোয়দো নেকলুরদি সার্ভিস চার্জ্জ, বকসিস হায়রক্কদবা। পানা মতম অনী লৈবদা লুপা মঙা থঙঙেদনা পেম্মা।

( অনীদু পানা কা চাবা থোকখিবা )

( ৫ )

( ভারাকপী মতৈ-মনাওনা হানি-মুন কোয়রুবগী চল্লকপা সিন। ভারাকনিংথৌ খোংগ্রাও অচোনবা অমা শেং। খোং-গ্রাওদো স্লিপিং সুটকি খোংগ্রাও মাল্লি। ফুরিং অরাংবা অমা লিং। ফুরিং অরাংবদু মুন্না য়েংদ্রবদি লাংই হায়বা

খওদে। মখুৎতা এয়ার বেগ অমনবা অমা পায় চাউদে। ঙারাকলৈমা ইনফি অমনবা অমা ইনবোই মকোক খুম্বোই তৌই। ইল্লিবহু খুদৈ মতেক অরাংবা মানগুমস্থু তৌই। মাস্থু এয়ার বেগ মচা অমা পায়। মখোয় অনীগী মায়দো মীনা উথিনি মতাগুম হুৎ হুৎ লৈ। ইকায়রা মাল্লি। মখোয়না অহানবা খোঙশানবা মতমদা শেৎ চাখিবা অফবা ফিরোল খোঙগ্রাও অচোনবী, কোট, ওভর কোট, ভি আই পি উপু পুখিবা ওন্না য়োনথোক্তুনা হল্লকপনি। ঙারাক লৈমগীস্থু অতুমগাই পাম্বোম ফাবি, খুজি, খুদোপ, নায়ানবী পূম্নমক য়োনথোক্লমলবনি। খরচ লৈতত্তুনা।

ধর্ম্মশালা য়ৌরে। কুমথরে অনীদো। ঙারাকনিংথৌ ফুরিৎখাও তুমহুনা য়েংঙি কৈমতা য়াওরমদে। বেগ ফাকই য়াওরমদে পৈশা অমতা। এয়ার বেগ ফাকুনা য়েংঙি য়াও-রমদে। করিগুম্বী অমতা য়াওরম্বা থেংনদ্রে। মফম্না অরাং দোকানগী ধর্ম্মশালা মমাঙদনি। )

নিংথৌ—লৈমা! নঙোন্দা পৈশা য়াওরিব্রা?

লৈমা - খুম্নদে।

নিংথৌ — করিগীনো নঙনা নমায় লৈথোকল্লিবো? নঙোন্দনে ঐনা হংল্লিস্রে? পৈশা য়াওরিব্রা হায়মি?

লৈমা -- হংবিরকস্থু।

নিংথৌ—নঙোন্দা হংদদি অরা কনাদা হংলুদগে। ঐখোয়
অনীভনি চৎমিন্নরিদি নঙোন্দা হংদনা কনাদা হংঙ্গে
হাঃ। থুম্মোবা।

লৈমা—দিমাপুরদা নত্রা পানা চাসি হায়বদা পৈশা য়াওত্রে
হায়নবদো। হৌজিক অমুক হংলকইদি ধর্মশালাদা
পৈশা তারমনি থুল লাক্কনা লৈত্রা হংলিবা নত্রাও?
সে য়াওত্রা হায় য়েংঙু। (বেগ লাক্কনা লৈমনা
নিংথৌদা লংশিনবা)

নিংথৌ—রিক্সোদা চৎসি হায় তৌবনি। নঙোন্দসু ঐঙোন্দসু
পৈশা য়াওত্রবদি তোকএদনা। কমদৌনি খোঙনা
চৎপা তারেনে।

লৈমা—ঐদি ঙল্লিভৈদা লমজাওদা চৎপা ইকাইজে। মম্মগা
চৎসি।

(হায়রগা নালা মনাক্তা লৈপাক্তা লৈমা ফমথখিবা)

নিংথৌ—নঙনা ইকাইরিভুদৈ ঐনা শরুক চাম্মা হেন্না ইকাইরি-
বনিনে স্নাইবেম্মা।

লৈমা—হৌজিকপু স্নাইবেম্মকাইদনা হায়বিরকনু। রা
ঙাঙবিরকনু। কৌবিরকনু।

নিংথৌ—ফরে অতুমঙাইরে। মস্বা ঙাইবা হায়ডুনি।

(হায়রগা শিড়িদা ফমথখিবা)

( মম্লবা মতুংদা অনীহু লাকই। মখোয়গী পুথ্রী অমনবহু তম। মুমিদাংনিনা মখোয়গী পুথ্রীহু শেংনা উবা ফংথিদে। নোং ঙাল্লে। অনীহুনা কোয়েং য়েংঙি পেরি পেরি তৌ। লৈমনা তেংথাহুনা কপ্পি।)

লৈমা—মুমখোক্কনি খণ্ডজরম্লবদি চৎলমলোইদবনিকো হাঃ হানি-মুন। পুথ্রীস্মু কংলমলেদো, ময়ুরস্মু তেক্লমলেনা তৌরিসিদি, কদায়দবু তোংহুনা করি ঙাবু লাকদগে, লোইরেদো লোইরেদো, হন্দক মপোক্কী লোইরেদো। হাঃ হাঃ। ঙারাকলৈমা নঙসে ওম্থোক্লা পঙপ্রেদকো। পঙমন্নস্মু পঙইদা।

নিংথৌ—করিনো নঙনা তৌরিহুবো? মীনা ঙাওই হায়নখি-রোইদরাও?

লৈমা—হায়জসন্থু। ঙাওই হায়জসন্থু। পুক্নীং মুংশি। কপকনি পেন্না কপকনি। পেন্না পেন্না তেংথাগনি। ( অমুক হন্না তেংথাহুনা কপ্পা।)

নিংথৌ—কপকনো মী তাখিনি হায়বা। অশি অনা য়াওরবোই নীংখ্রনি।

লৈমা—তাসন্থু। হায়নীংবদা হায়জসন্থু। মী তাননবা কপ-লিবনি। কপথিনি। ( কপ্পা)

নিংথৌ—নঙবে সিদগী হেনজিল্লক্লবদি চৈ চাজনি। খণ্ডত্রা?

লৈমা—ঐমু চৈ চাগে হায়তুনা নঙোন্দা লৈরকলিব্রাও হিংচাবা। ভা লাক চাগে হায় লৈরকপা নত্রাও। ঈশিং মরীক অমত্তা তুংত্রবা পুত্রী অসিদা কদাইদৈ ভা লাকদৌরিনো? (মখোড মখুৎ ক্রং ক্রং কল্লুনা চোংবা)

নিংথৌ—নঙদি মমল য়াম্না হোত্তেলদা মহায়দো। চাক চারে ইঙ্গ্লংসু নিরামিষ হৈনদে হায়দুনা লোম ভিজিটারিয়ানা ঙাক্কা-চারকইদো। মতুদা শেল লোইখিদুনা পনথুং য়োগে খনবা অমত্তা য়োরক্রেদনা চৎলক্রেদনা।

লৈমা—হরে ভকপীরেদকো। নঙনা মরোল মরি খঙদবদগী খুদোংচাবা লৌখিদুনা লম্বী লাম্না লাম্না কোইনা কোইনা পুদুনা টেকসী ভারা হেন্না লৌখিরা, হোত্তেলগী নিয়ম চৎনবী খঙদদুনা হোত্তেলগী চার্জ্জ হেন্না লৌখিবা অদুদা লোইথোকখিবা নত্রাও? হানি মুন চৎসি হায়বু কনানা হৌবগে? নঙনা তৌরকপা নত্রাও? হায়য়ো হায়য়ো হায়বা.. হিংচাবা করিগী হৌবিরিনো?

নিংথৌ—মানে ঐনা হৌবনে। নঙনা য়ারিবনা করিগীনো? করিগী য়ারিবনো? খুম্মো খুম্মো। করিগী য়ারিনো হায়রা।

লৈমা—( কোয়েং য়েংভি। মখোয়না ঈশিং মন্নুংদগী ভা লাক্লুনা চারগা অর। পোথাফম, মতু মমান খিক্তোকফম, মখোয় অনী থাব্রাংনা তোংফম উপাম্বী অহুম্ন লেপকং কংলমলে। ( লৈগা উপাম্বী অকংবা অহু উরুবদা অমুক তেংথারক্লে। ) হাঃ পামেল উও উ মুংশি! নঙস্ন ঐখোয়বু লৈকংলাদা হুন্দাকলম, থমমুং শরা তানখ্রবোইদো। ঐখোয়না হানি-মুনগী যাত্রা তৌ-রমদাই নঙবু থাদোক্লম রাইরা খোঙদোই হুনখিদোরে হায় নপি মতূম মতূম শিন্থ তেংথা নাওই কপহৌবদো, কাউগে ভমত্রে হাদ পামেলও। হয়েংমুক্নী মপোক্তা নঙগী মুংশি লমন শিংগেকো। রারৌপমুকো মরূপ। হয়েংমুক্নী লাঙোন্দনে নঙনা উপাল ওইনা হৌরগা ঐখোয়না ভারাকপী ওইনা পোক্লুনা অমুক হন্না তোংলগেকো।

নিংথৌ—তৌরিহুবো করিনো হায়মি। মীগী মমাঙদা ইকায়বনা শিরেনে। নঙগী তেংথা নাওইবদো খিৎ তোকলোসে। করি তৌসিগে হায়বদো জোনে চঙনা থন্নসি।

লৈমা—ঐখোয়না হৌজিক করিবু খন্নগদগে? হৌজিকপু ঐখোয়না করিবু খন্নরুগদগে? গায় মচাসি পুহুনা করম্না সনা লমজাও য়াংবিথক অসিদা রাইরা

খোঙদোই কুনগদগে হায়বা। কোলোইয়ুনে প্রাণ-
নাথ নিংথৌবাও কোলোইয়ুনে।

নিংথৌ—মপা মমানা খোল্লমা লম্বী শোরোকস্নু নত্তে। হেক্তা
চৎলগা লোইরে। কনানা করি হায়রনি হায়গে।
মীগী পোৎ হুয়াল্লুবস্নু নত্তে। করিগী ইকাইজরুনেগে।
তানজা অমা চাঙিদহুনা তৌবনি। অমুক কা অমুক
কুম মীওইবগী হৌনশা খোঙচৎলে। তাইবংগী
হৌনশানে।

লৈমা—ঐদি ইকায়জৈরে ইবুংঙো খঙঙব্রা। নঙদোনা মায়সে
কোন তোপতেরে কোম্পাক নত্তেরে। ঐগী মায়দা
শংত্রিক শংবা দাকফম অমা লৈব্রিসে কনানা লৈহন-
বগে? মীনা হুংলগা করি হায়না খুম্মদোইনো?
অশেংবদো খুম্বা তারেনে মঙনা হায়রিসিনদি। খুমগে
অশেংবা খুমগে। হানি মুন চৎলুরবে হল্লকপদা
নিংথৌগা ঐগা খৎলৈ। চিন মথৈ লাক্তিনদনা খৎনন-
রমবদৈ খুৎ থোক্লরকুমা নিংথৌনা কিন্না থিল্লক্তুনা
খাঙিবনি হায় খুমগে।

নিংথৌ—ঐস্নু খুবী কায়হনা চাক চানা মাত্রিনি তারাকলৈমগা
কুনবদা তারাকলৈমনা মানা চিকনক্পনি হায়গে।
খবরদা হাপকে। রেডিওদা লাউথোকহনথে।

লৈমা—হাপচৌ কৈদৌজরনেগে। কেসে। লৈবাক ব্রা ব্রা লাওনবা হাপ্প খবরদা হাপ্প। রেডিওদা লাউথোক-হল্লু। টি ভিদসু হাপ্প। মসি পূন্নমক অসে খনবদা মায় মচাসে ওল্লবনিনে নেগেটিভ। ফিল্মমগী নেগেটিভ।

# মেৈলৈ লৈস্না নোংজুমপান

## (১)

( নোংলেন অগস্নুং লৈস্না অনী রারী শা শাত্নুনা থোরকই। নোংলেন স্যুট শেংলি, টাই পুল্লি। হেক য়েংবদা স্মার্ট ওইবা মাল্লি। লৈস্নাস্নু অত্নুমগাই। কাও বোয়গী খোঙ-গ্রাও। অনীমক স্মার্ট ওই। মী উশিন্তে। নোংলেন ব্রিফ কেশ অমা পায়। লৈস্নাস্নু হেন্দ বেক ফজখ্রবা অমা পায়। মহোয় অনী এরোপ্লেনদগী কুমথরকপনি। মফম্না ইম্ফাল এয়ারপোর্ট। ওকপা লাকই মখোয় অনীবু ফিরাল থেংপা কার অমনা। ফিরাল পাইদে। য়োমশিল্লি ফিরাল চৈখোক্লা। )

লৈস্না—হাইমা! তানোংথাঙ! ঐখোয়বু ওক লাক্লি নত্ত্রাও?

নোংথাঙ—ইবেম্মা! ইবুংঙোদি?

লৈস্না—তুংদা লাকহৌবনি। কনানো অমগা রারী শাহৌই। পাবুং লৈহৌবরাও?

নোংথাঙ—দিল্লীদা লেঙখিদাই। হায়রিসিবু থেংনখিরক্রাও?

লৈস্না—ঐখোয়দি বোম্বেরোমদৈ লাকপনি। পাবুংহোয়না দিল্লীরোমদা চংপনি। কদায় থেংনগনি হায়গে।

নোংলেন—এঃ তানোংথাঙ লৈরম্মেদনা। তানোংথাঙ সে লগেজ স্লিপ। আদইসে ময়াম মাল য়োৌরকপা ঙাইনরিসে অসিদা চৎলো, মাল লৌথোকউচো।

নোংথাঙ—ফগনি ইবুংঙো। কদায় স্লিপতো সোমদা পীবিরক্লো।

( স্লিপ লৌবা। মাল লৌবা নোংথাঙ চৎথিবা )

লৈস্না—তামো এয়ারপোর্টকি লৈকোলসি য়াম ফজেনা।

নোংলেন—অং ফজবনি।

লৈস্না—ঐদিনে তামো য়ুমদা হনবা তল্লিবো।

নোংলেন—করিগী ?

লৈস্না—পাবুং লৈরমলোইদবা অতুদা। পাবুং লৈত্রবদি ইশ্বাংস্নু হাউরোইদবা।

নোংলেন—পাবুং দিল্লীদা কয়া কুইনা লৈরকনি হায়গে ?

লৈস্না—থঙদে। তানোংথাঙনা থঙলমনি। মঙোন্দা হংসি।

নোংলেন—মীদি মমা লৈবাক হেক থুংলবদা ময়ুমদা হান্না য়োনীংঙি। ময়ুমদা চঙনীংঙি। নঙদি তাইবং তাইতাইওন্নবা ঙাক্তা ঙাঙথোরকইসিবো ?

লৈস্না—হানি-মুন চৎপনিনা মুংঙাই মুংঙাইবা হোৎতেলদা লৈরকই। ফজ ফজবা দৃশ্যা য়েংলকইদো অতুদা য়ুমদা চঙবা তনবা।

নোংলেন—তনগন্নু ইবেম্মা।

লৈস্না—তল্লে ইবুংঙো। ইঙ্গাংস্থু হাউরোইয়ে। বামোন অহুনা পাবুং লৈতে হায়হুনা নীংথি মুংঙাইনা থোং থাকওই। চাজনীংদেনে। খঙব্রাও?

নোংলেন—অহুগা হাওননবা নঙ হেক থোংও দন্না।

লৈস্না—এৈব্র পুজারীরাও? তস্লি কৈস্নু।

নোংলেন—এঃ তানোংথাঙস্থু লাক্লে।

নোংথাঙ—ইবু'ঙো, পোৎচৈ উপুশিংসি শুরবরা অমুক্তা য়েংবিধু।

নোংলেন—শুরে।

নোংথাঙ—ওম্ন লাক্লব। য়াওদেকো।

নোংলেন—য়াওদে তাদ।

নোংথাঙ—পোৎপু ওস্থোক্লা য়ামখ্রেনে। কদায় কদায়দৈ উপুনো? য়াম্ন ফুজবস্থু য়াওরিনে।

নোংলেন—তাদ নহোয়গী ইবেম্মসে মহা অফাওবীনি। উরিমথৈ পাম্মী লৈসি হেক্তা হায়। লৈরকপা পোৎ ময়ামহু হাপননবা উপুস্থু লৈরকপা তাবনি তাদা।

নোংথাঙ—ইবুংঙো মতোমতা পোকপনিনা থর কেথোক্লা য়োক্লকইদো অহুননি।

লৈস্না—তানোংথাঙ। ইমাদি লৈহৌরিনিনে?

নোংথাঙ—লৈহৌদে।

লৈস্না—কদায় চৎখ্রিবা ?

নোংথাঙ—ইমাস্থু পাবুংগী তুং ইনথি।

লৈস্না—কৈদৌবা ইনথ্রিবা ?

নোংথাঙ—পাবুংতু চুম্না মিটিং য়াওবা চৎখিবতা নত্তে। পাবুংগী মহৌশা বি, পি, লৈবতু হন্দক মরক্তি য়াম তোয়না হৌই। মতুস্থু চোক তৌরক্লে। অতুগা ডাঃ অহৈবা অমবু মুম্না য়েংহল্লক্কনিস্থু হায়রম্মী।

নোংলেন—পাবুং লেঙখিবা কয়ানিদি শুরে ?

নোংথাঙ—ওসি হুমনিতা মডায়রি। মিটিংদা নামা থোংহুনা চৎখিবনি। পাবুংনা হুকচাং কয়া ওমদনা লেঙখিবদো মুংঙাইতে হায়হুনা ইমা ইবেম্মস্থু মুংশা থীহুনা তুং ইনখিবনি।

লৈস্না—অতুদি য়ুমতু কমামতা লৈত্রেনে ? কয়া কুইনবু লৈরক্কনি হায়গে ?

নোংথাঙ—মতুদি থোইদোকপা তাকপীরমদে। থা মথায় অমরোম লৈরকপা য়াই হায়না হাইফেৎ শোল্লম্নদি তাহৌই।

লৈস্না—তামো, পোথি অমা লৈরে।

নোংলেন—করি পোথি ?

লৈস্না—শুম তৌরসি। এক্সলেন্সি হোতেলদা চয়োল অমা়রোম লৈরসি।

নোংলেন—কৈদৌবা ?

লৈস্না—কৈদৌবা হায়বু পাবুংসু ইমাসু লৈতে। ইমা পাবুং লৈতবা ইযুংত্থদা ঐ লৈনীংদে। তুমিংফাও পাইরম্ন-রোই। মত্থদা তামোগা ঐগতা ঙায়ক্লনি লৈবা মুংঙাইগদরাও ?

নোংলেন - কৈমুংঙাইতনি।

লৈস্না—মুংঙাইরোই ঐদি লৈনীংদে। হোতেলদদি খঙবির-বরাও বেল খিঙবা, ওদর তৌবা। সোফাদা ফম টেলিফোন তৌবা। য়ুমদদি মত্থ য়ারোইদবা খঙবি-রেদনা।

নোংলেন—ইবেম্মা নঙসিমক্তি মুংঙাইবা পামথ্রজাৎ ওইরে।

লৈস্না—পামদদি কৈনো ?

নোংলেন—পাবুংগা ইমাগগীদি নঙ কৈমতা থন্দ্রেনে।

লৈস্না—ঐস্থ মীনিনা করি থন্দনি। ঐনা ঐখোয় পাবুংগী বিঃ পিঃ য়েংবা ঙম্বা নত্তে। ডাক্তরনা য়েংগদবনি। ঐঙোনদৈ হেনবা ইমা য়াওথ্রি। ইমানা পাবুংগী সেবা তৌজনি। অনাবা হেনজিল্লক্লে হায়রগা

টেলিগ্রাম মরাইনা তৌজররকনি। অতুগা ঐখোয় অনী পাইগ্রগা লোইরসিবো। পূং ২/৩ তগী ব্লানিসে।

নোংলেন—ইবেম্মা নঙসিদি মুংঙাইথোকপদি হৈখ্রেদকো।

লৈস্না—হৈতদি। ( হায়রগা নোংথাঙদা ওনশিল্লগা ) তানোংথাঙ গাড়ীদা পোৎ হাপচিনবা লোইরব্রা ?

নোংথাঙ—লোইজরে ইবেম্মা।

নোংলেন—অতুদি চৎনবা তৌরসি।

লৈস্না—চৎলসি চৎলসি। লাকও তানোংথাঙ গাড়ী থৌররো। তামো কাখৎলকলো। ( নোংলেন লৈস্না গাড়ী কাখৎখ্রে। নোংথাঙনা গাড়ী থৌই। গাড়ী মন্নুংদা লৈস্নানা হোতেল এক্সলেন্সি মপাদা গাড়ী খাম্মু হায়খি। হোতেল মপা য়োরকপদা ) তানোংথাঙ কৈদোয়ে গাড়ী খাম্মো হায়রগা।

নোংথাঙ—ঐদি ফাগি তৌরিমাল্লে খল্লুই অওইবরনে ? ( হায়রগা গাড়ী খাম্বা )

লৈস্না—তানোংথাঙ। ঐখোয় হোতেল এক্সলেন্সিদা নোংমা নীনি পনখিবা তারে। ঙসি মুমিংসি ঐখোয়না য়ুমদৈ যাত্রা তৌবা মুমিংনি। য়ুমদৈ থোকপা মুমিংতা য়ুম চঙবা পাঙদে ফস্তে হায়নৈ। অহল লমননা হায়নরম্বা

অসি অচুম্বা অমা শোয়দনা লৈরমনি। অতুনা ওসি অসি ঐখোয় য়ুমদা চংঙরোই।

নোংলেন—ইবেম্মা নঙসে হৈদি হৈগ্রেদকো। চক্রিনা চক্রি কল্লিবা। ইনাক থুনবা অচৌ অশাংগী মচা ওই তৌমাল্লে। বুদ্ধি লৌশিংবু য়াম লৈরি হায়রানি।

লৈস্না—ইশানা হৈজবা ইমা পূকন্নুংদৈ লোয়নরকপা য়াওরকপা লৌশিং। টেলেণ্টনে টেলেণ্ট।

নোংলেন—ঐবুদি মীনা ফজনা ঙাঙনরনি। আধা মোরা হায়নবা শোয়দে।

নোংথাঙ—ইবুংঙো! ইবেম্মনা হায়রিসিবু।

নোংলেন—তাদা কমদৌনি মজা ইবেম্মনা হায়মখৈ তাদা ইচিন ইনাওনা ইনবা তারেদনা।

নোংথাঙ—ইবেম্মদা ইমাগা পাবুংগনা ইরম্বা চিঠিচুম্বু পাররোইদরা?

লৈস্না—চিঠি:দা য়াওরকপ্রাও?

নোংথাঙ—কদায় য়াওরক্কদগে? অা য়ুমদা লৈহৌরবো।

লৈস্না—অদো হোরেন্স নুদাংব্রাইরম হেক পুরকলো। (নোংলেন্দা ওনশিন্দুনা) কা রিজার্ব তৌরব্রাও?
(নোংলেন চঙশিল্লকই, হায়রৈ)

নোংলেন—অসতা ফংদেনে। কসাদৌনি ? আ মতোন তোলেনদা রুম অমদি হাঙলি। লৈবা তাৱবদি অতুদা মঙাইৱে।

লৈস্না—বেষ্ট মতুমকনি ঐনা পাম্বা কা। লাকও।

( ড্র ইভব নোংথাঙ থাদোকখিবা। নোংলেনগা লৈস্না মখুৎ শম্নতুনা চঙখিবা )

নোংথাঙ—অচৌ অশাং মচা ওইবগী তৌবনিকো। মখোয় সিগুম্বসিনি লৗচৈনা কারল লাক্লগা ভাব তাই হায়-বদো। মমা মপা য়ুমদৈ চৎথোকপ্রগবু য়ুম লৈনৗংদে হায়সিবু তা য়ারি ৱারাও ?

( ২ )

( শঙ্গোয়জাও চহী ৬০ গী মথক ওইরপ তৌরবা অহল অমনি। মহাক মাগী শুমাঙদা ফৌরা শারম্বদৈ হুমাং হন্দোকপা ওইনা মাঙ্গোল উথোকতেন্দা ঙাতুনা ফম্লি। ৱাক্তং অমা পায়রতুনা হিদাক থক্লি। হিদাক চিংনা চিংনা ৱাখল তৌরি মৈখু কামথোক কামথোক। হেক য়েংথোকখিবদা উই মাগী মচেম্না পোক্লম্বী মেটৈ. থোঙ্গালসোমদৈ চৈশু শুতুনা চঙঙকপা। মেটৈ শোইনাইরবী লৈশাবীমচা অমনি। মমা পূকনুংদৈ শোইনাইরকপা নত্তে। অঙাং ওইরিবৈদা মখোঙদা

নোংমৈনা পানথি। য়াররোই হায়দুনা ডাক্তরনা মখোঙ ককখিবনি। মেলৈ ময়োম অমসু পায়রকপগুম তৌই। মেলৈ চঙশিন্দুনা মাগী মামদা খুরুম্মী )

মেলৈ—মামহন !

শঙ্গোয়জাও—নঙবু মেলৈ নত্রনে ?

মেলৈ—মানি মামহন। ( মমিৎতা পিগী ঈরা চেল্লি। মেলৈ ফিজিনা তৈথোকই। )

শঙ্গোয়জাও—( শঙ্গোয়জাও ভাব তায়। মমা পোক্লবী অদুনা থীনা তৌবিরমগনি। লৈবা মুংঙাইতদুনা ঐগী ইনাক্তা লৈগে লাকপনি। ফোংনা ) নঙবো চুম্না সুম লাকপরা ? ঐনসু লাঙ্গৈরবনিনা নোংমতা লাক্লুনা ইমৌবু য়েংশিল্লবা ঙমদেদো। চহী অমগী মতুংদা নঙবু মামনা উবা ফংবসি নিঙোল চাকৌবা মুমিৎতনি। হাকুমসু ননে লৈখিদবনা মরম ওইদুনা কৌখিদ্রেদো। ইচেহ্ লৈজরম্মসু ফদবা।

মেলৈ—মামহন—ঐ মামহনগী নাক্তা ..... ... ( হীক হীক কপ্পা )

শঙ্গোয়—ঐগী নাক্তা লৈরগে সি নত্রনে ?

মেলৈ—( ইক-ইক-তৌরদুনা ) মাস্নি।

শঙ্গোয়— নমা পোক্লবী অদুনা থীনা তৌবিরিব্লিনে ?

মেলৈ— তৌদে মাম্মা।

শঙ্গোয়— লৈবিরন্নু চৎপীখ্রো হায় তাল্লকপ্রাও ?

মেলৈ—হায়দে। ঐনা স্নুগ মামহনগী নাক্তা মামহনগী সেবা তৌদুনা লৈনীংলবা।

শঙ্গোয়—নঙগী বাজিনা নমাহোয়না নঙবু লৌবা লাক্লোইদ্রনে ?

মেলৈ—মহোয় কনামতা লাক্লোই। ঐবু থিরক্লোই। ঐবু থিবিররুবা কনাস্নু লৈতে।

( মেলৈগী রাহয়শিংদু তাবদৈ শঙ্গোয়জাও মপুক্লীংদা খল্লি। মেলৈসি শোয়দনমক্কী মাগী মমা পোক্তবী অদুনা মপাদা হায়জিন্দুনা মাবু মমাতোন অমদি মপানা য়ুমদগী তাম্নোকপীরক্লদুনা চঙফম লৈতদুনা মাগী মনাক্তা লাক্লিবনি অস্নুন্না। )

শঙ্গোয়—ইচেদো হিংদুনা লৈরম্লবদি স্নুম্না খোংজোং মাংজোং তৌরমলোইদবনিদো। ইবেম্মা ! নঙ কনামতবু স্নুংঙাইতবা তৌম্নু। নপুক্লীং স্নুংশিবা য়াদেকো। মাম্মা লৈরি নঙগী করি রাংকনি। ইমৌসিদি কৈস্নুথল্লুম্নু।

মেলৈ—মামহন।

শঙ্গোয়—চো চো ইমুংদা চঙভো। ননমাহোয় ময়াম ইমুংদা লৈরমনি। মহোয়গা রারী বাতাই তৌক্লরো।

মেলৈ—মামহন ( হায়রল্লগা মেলৈ ইমুংদা চঙখি )

শঙ্গোয় - খঙদ্রে কম থোক্লদোনো তৌরিসে। পিতৎ পাতৎপা ময়াম ঐগী শরুক ওইনা থুংবসিদা। নংগা নংশিল্লে। মেৈলৈ ইচেনা পোক্লম্বনিদে। মরাইবক থীরবী। কনা লৈজদ্রবী। পোকপদৈ শোইরকপস্থু নত্তেদো। থাংমুথক্তা ককথ্রিবনিদো মথোঙ নাম্মসে। মমা পোক্তবী অতুনা অঙাং মতু শোল্লবা অসিবু তাথী তাওইনা তৌবি হায়বসি মীনা তম্লতুনা তাবদি কুইরবনি। মেৈলৈদা থোকইবসে মাগী মচাদস্থু থোকহৈদে হায়বা লৈতে। ওম্থোক্লা মরায়বক থীদো-রিদা ঐগী ইমৌসে।

( ৩ )

( নোংথাঙ ড্রাইভর চে অমা পায়তুনা লাকই হোতেল এস্লেন্সি তম। নোংলেন অমদি লৈন্স। লৈবা কাদা থিতুনা চঙঙকই। )

নোংথাঙ—ইবুংঙো! নোংমতং লৈগনি হায়রগা হুমিৎ তরুক্লি শুরফাও হল্লক্রিদি ?

নোংলেন—তাদহোয়গী ইবেম্মা অফাওবীসিনা য়াদতুনা তৌরিবা।

নোংথাঙ - ইবেম্মদি কদায় চৎখ্রে ?

নোংলেম—বাথরুম চঙখিবনি।

মোংথাঙ—মে ইবুংঙো! টেলিগ্রামনি হায়। অমুক্তা য়েংঙু।

নোংলেন—কনানা তৌরকই টেলিগ্রামনোমে? কদায় (ড্রাই-
ভরদে চে লৌবা পাবা) সিদি পাবুংহোয়না
তৌরকপনিনা।

ড্রাইভর—থোরক্লনি, ওক্লম্মু হায়রকপ্রাও?

নোংলেন—অমতা নত্তে।

ড্রাইভর—অছুদি করি হায়রকইনো? (মুংশা থীনা)

নোংলেন—পাবুং কয়া নারে। হোসপিতালদা লৈরে।
টেলিগ্রামসিনা ফংবগা ঐথোয় অনীবু থুনা লাকউ
হায়রকপনি। ইমানা তৌরকপা টেলিগ্রামনি।

ড্রাইভর—ইবুংঙো অছুদি কমদৌবা তাবা?

নোংলেন—(ঘড়ীয়েংবা) হৌজিক্তি পুং ৪½ তারে। এয়ার
ওফিস থোঙ লোল্লম্মনি। হয়েং অয়ুক ওয়া হোৎনবা
হায়ছুনি। হায় তারিবরা? নত্তবু তারিত্ৰনদ্রে?

লৈস্না—হুয়াট? ইত ইজ ওনলি ফোর-থারত্তি। লেট
অজ গো এত ফাইভ থারত্তি পি, এম। হুয়াই সো
হরি? (য়াহৈশিংদি বাথরুম মন্নুংদৈ লৈস্নানা
হায়রক্লপনি।)

ড্রাইভর—ওম্থোকইদা ইবেম্মসিদি।

নোংলেন—ইংরেজী লোন্দুনা লৈবা মতম মত্তোয়ে। ইরুকদো লোইবা লোইদবা থোরকও হায়বা। তানোংথাও নাকইভৈসিদা চংহৌরসে।

লৈস্না—(মনুংদৈ) পাবুংহোয় থোরক্রিমখৈ ঐ য়ুম চঙাওাইয়ে। থওবিরেদনা।

নোংলেন—কৈনো ? থোরকও হায়দি কোক হেক থোরকপা য়াদ্রাও ? য়ারেম পেৎ পেৎ ঙাওদুনা স্নম লৈথোক্তস্ন।

ড্রাইভর—ইবেম্মা লেঙথোরকও। পাবুংগী য়ানি। অনাবৈ।

লৈস্না—( বাথরুমদৈ ইচোৎ চোৎনা চেনথোরকপা ) হ্ ঃ পাবুং কৈদোরবা ? তানোংথাও পাবুং কৈদোরগে ? (নুংশা থীনা হস্বা )

নোংলেন—ইমানা তৌরকপা টেলিগ্রামনিসে পাউ। ( পীবা, লোবা পাবা )

লৈস্না—হৌজিকপু প্লেন টিকেট ফংখিদ্রাও ?

নোংলেন—কদায়দৈ। ঙসিদি ফওঙরোই। এয়ার অফিস থোঙ লোল্লম্মনি। পুং মঙা তাগ্রবো।

লৈস্না—অহুদি কমদোতারে ?

নোংলেন—কমদোবা হায়বু হয়েং অয়ুক খরা ওন্না হোৎনবা তারেদনা। হৌজিক য়ুমদা কর থুনা য়োনবা তোঙ্গসি। ঐনা হায়দ্রাও ?

লৈস্না—করি হায়রিবা ?

নোংলেন—মখেল লাংগম্নু খেনম নমজনি হায়ব্রাও ? নম্মেদনা হৌজিক। তানোংথাওগা নওগা পোৎ চৈ লোই-শিন্দুনা গাড়ীদা হাপচিন্নবা তৌহোরো। ঐ হোতেলগী বিলনচিংবা ক্লিয়ার তৌরম্মগে।

( নোংলেন মথাদা কুমথখি )

(৪)

( নোংলেন মৈতৈ অমম্নুং লৈস্না চম্নু অনী সোফা অমমমদা ফম্নহুনা য়ারী শারি। মাঙ্গোল মচাদনি। মখা থংবদা লৈবা পোত্থাফম। হুকচীক লাংফম মাঙ্গোল মচানি।)

নোংলেম—লৈস্না।

লৈস্না—কৈনো ?

নোংলেন—নহাল মথৈদি ঐহাক নওনা হায়বা ইন্দুনতা লাক্লি। পাবুংম্নু নোঙ্গাখরেদো। অহুনা হৌজিক্তি নও অমুক ঐনা হায়বা মথৈ ইনবা তারেদনা।

লৈস্না—তারেদনা। অদো করিনো ইন্নগে হায়রো।

নোংলেন—ইমাম্নু পাবুং লৈতবা ইম্নুংসিদা লৈনীংগ্রমাল্লে বৃন্দাবন্দা লৈপ্রে। চৎলমদাইদা ইমানা নওবু লুনা

ঐঙোন্দা শিন্নরম্মী। অদুনা নঙ ঐ চঙদুনা তাথোক তাশিন তৌদুনা পানবা তায়েনে য়ুমসে।

লৈস্না—কনানা পানগনি নঙ ঐ নত্তনা কনাদি লৈরিদো।

নোংলেন—নঙনা পাম্বা মওংদো অথাকপা লৈতনা হায়-দোকউ। ঐগীস্থ হায়গে।

লৈস্না—নঙনা মুপা হায়দু থোকই। নঙনা খর হেন্না খঙকম হৈফম থোকই। নঙগীনা হান্না হায়রো তারসি।

নোংলেন—অদুদি ঐ হায়রগে তারোকো মুন্না। নঙ মহৌ-শাগুম তৌবা য়াদ্রে। হৌজিক্তি য়ুম্বুরেনবী হায়দু ওইরবনি। শিন অমা পানবা তাই, থবক অমা তৌবা তাই।

লৈস্না—করি শিন পায়গনি? করি থবকনো ঐনা তৌদো-রিবো?

নোংলেন—তলব চাদুনা সরকারগী থবক তৌবা পামব্রা? নত্রগা?

লৈস্না—ঐবু করি থবক তৌরগা চানগদগে? ঐগা চানগদবা থবক অমা হেক্তা য়াই। শেল ফংলগা লোইরে।

লোংলেন—নঙবু শেল পামব্রনে?

লৈস্না—শেলবো, করি পামদনি।

নোংলেন—ইমা প্পাবুংনা নঙগীদমক সুক য়াম্না থম্বীরম্মীসিদি।

মমিথু নঙ লোইনা শিজীন্নবা ভমগত্রাও ? লৌদে, শিংদে, দোকানগী ভারাদে ময়ামসি পামদ্রবা নঙ থরা ঝানা থোকনি।

লৈস্না—নঙ লৈরিসিদি।

নোংলেন—ঐবুদি লৈনে নঙগীদমক। অহুদা।

লৈস্না—অহু অদা থিরুদ্রবু নঙনা ঐবু তৌহন্নীংবা থবক অমদি লৈরমনি হায়বা। মদো হায়দোকলোদনা।

নোংলেন—নঙবু এমঃ এঃ এলঃ এলঃ বিঃ নত্রাও ?

লৈস্না—মায়ে। অদো কৈদৌরগে ?

নোংলেন—নঙগী থবক অমমুক তৌ অমমুক তৌ থবক অমতদা লৈত্তাদবদো য়াররোই। পাবুং লৈরিবৈ পংতৌ তৌ-রমবৈ রানি। ই পাউ লৌবৈ থবক তৌগনি হায়তুনা কয়াম্না তৌরম্মে। থা ৩ বু ফাদেনে। থা ১/২ তৌরম্লগা হেক্তা তোকথোকই।

লৈস্না—ঐনা হৈনগদ থবক মান্নক্রবা। অহুনা তোকথোক-পনিদা॥

নোংলেন—মতুম হায়না তৌবদো হৌজিক্তি য়াররোই হায়রিসিনি।

লৈস্না—ঐগী থবক্তি লায়তুম লাক্লরি। নঙগীনা হাম্না থম্নসি।

নোংলেন—ঐগীবুদি মহাস্না লেপতুনা লৈরবনে। নঙগীনে লুরিবসে।

লৈশ্না—নঙবু থবক তৌরদি ঐদি তৌদ্রস্নু য়াইদ্রে ইবুংঙো। ভাক্তরদা কম থরা হাঙভি হায়বনি। মহুদা অদা তৌশিল্লোদনা। পাবুংশী মায় য়েংহুনা মরাইমা হাপচরকনি।

নোংলেন—মহুনা তাকপদি নঙ তলব চাবা থবক তৌবা পাম্মী অসিনিনে।

লৈশ্না—সরকারগী তলব চাবা থবকপুদি পামদ্দি। কৈদো নঙনা হায়রিসিবো। ভাওরব্রাও? পাম্মে ইবুংঙো ঐখোয়দি তলব চাবা পাম্মে।

নোংলেন—ঐদি সরকারগী তলব চাবা থবক পামদে। মীনাই ওইনীংদে।

লৈশ্না—তলব চাবা থবকপু মীনাইগী থবকনি হায়বা।

নোংলেন—মীনাইস্নু করম্না মীনাইনো হায়বদা শেল য়াম্না পীজহুনা লৈবা মীনায়। খোঙ খুৎ পুম্নমক শেলনা পুনসিন্দুনা থম্বা। লেঙবা য়াদবা।

লৈশ্না—করম্না?

নোংলেন—করম্না হায়বু মতম চানা ওফিস কাদবা য়ারোই। তৌরম্নু মুই হায়না হারউ হায়রবদি হায়বা তাই।

লাল্লি খণ্ডনা থবক তৌবা লৈরবস্নু চুম্মী হায়গদবনি। সরকারগী মায়োক্তা থবক অমতা তৌবা য়াদে হায়রিসিনি।

লৈস্না—তলব চারুরদি খরা চীন থীবা তারেদনা। কমদৌনি।

নোংলেন—চীন থীবা পামদবদে ঐনা সরকারগী তলব চাবা থবক তৌনীংদে হায়রিসে। ঐনা হায়বত্থু নওনা লৌগে হায়রদি হায়গে লৌরোই হায়রগদি রাসি হায়ররোই।

লৈস্না—হায়রো ঐ শোয়দনা লৌগনি। নওনা হায়মথৈ য়াগনি, হায়মথৈ ইনগনি।

নোংলেন – অওইব্রনে?

লৈস্না—অওইবনে অওইবা সত্য, সত্যনা সাথি। ঐ থায়নগী লমকেৎ লমহাইবী, থকসি খাসি নাইদবী লৈস্না অদো নত্রবনি। পাবুং লৈথিদবদে ঐ ভাব থংতা তাখিবনি। ঐ ভাব য়াম তারজাংনিকো। ঐবু তৌ হায়বদো করিনো তাকপীরো। ইপা ইপুগী ইকায় থুম্নবস্নু ঐ ভাক্সা চৎকনি।

নোংলেন—অত্থুদি হায়রগে। থল্লগা য়াম মুন্না খল্লে হায়রগা য়ানীংদবা লৈরগস্নু তোকথোকউ।

লৈস্না—তোকলোইএ ওম্নবা তৌনি। পাবুংনস্নু নুমিৎ হেক

খুদিংগী নপুরোইবনা হায়বা ইল্লু, চান্না চিন্ননা লৈয়ু তাকপীরম্মী। পাবুংগী য়াথং লৈবাক তাহনজরোই।

নোংলেন—মতম অমদা ঐনা নঙবু অফাওবী হন্টররালী অমগুম উরম্মী। ওসিনা মৈতৈ চম্নু অমা ওইনা উরে। করম্বা মৈতৈ চম্নু অশেংবা মৈতৈ চম্নু।

লৈস্না—অমুক কোইথোক্রম্নু ঐবু তৌহন্নীংলিবা থবক্তো তাকপীরো।

নোংলেন—ঐনা পাম্বা নঙবু তৌহন্নীংবদো হায়রগে তারো। নঙ এমঃ এঃ; এলঃ এলঃ বিনি। নঙবু ঐনা উকিল ওইহন্নীংঙি ফিমু শেং। লেপকদবা কেশনা মুপী মশানা য়াদনা চিংবা, চেনবগী কেস। মণিপুরদা মুপীবু মমল য়াওদবা শা ওাগুম থনবা। কৈথেলদা য়োনবা পোংকুম লোবা। মসি য়ারিমখৈ থিংনবা তোকহন্নবা হোৎনগদবনি। মসিদা নঙবু অচৌবা থৌদাং য়াহন্নীংঙি। করি হায়গে?

লৈস্না—তাকপীরিবা পুন্নমক অদো ঐসু য়াজনীংঙি। ঐনা পামজরম্বমক থোকই।

নোংলেন—ঐগীনা অসুম তৌগে খল্লি। নঙগী নপান্দগী ঐ ডাক্তর তম্রে। এমঃ বিঃ বিঃ এসঃ অমা ওইরে। অদৈ বিলাট চৎতুনা এফঃ আরঃ সিঃ এসঃ তম্মুরে।

পাস তৌরক্নে। চংনীংনা ট্রেইনীং মচা কয়া কয়াস্থ চংলুরে। পুম্নমক অসি নঙগী নপান্দগীনি।

লৈস্না—করম্না ঐগী ইপানদৈ ওইগদৌরিবা? পাবুংনঙাক থাবা নত্রাও? পাবুংগী মপান্নে।

নোংলেন—নঙগী নপুরোইবা ওইরমদ্রদি পাবুংনা ঐবু থাবিগদরা? মপুং ফানা ইহৈশিংসি তমলমগদ্রা? মীওেপ ডাক্তর অমবু হেক্তা তমহল্লমগদ্রা? থারোই, তমহল্লোই। ঐগী পুন্সীদি নঙগী লমন ভোন্দুনা অস্থুম শিরগদবনি।

লৈস্না—ভোন্দে। ভোল্লিবদি ঐনা তৌল্লিবনি। নঙোন্দা লৈরমদ্রবদি ঐ অস্থুম্না জ্ঞান তাবী মুপী অমা ওইরমলোই। ঐগী লমচং শাজং নঙনা চুমথোকপীতুনা ঐ মুপী অমা ওইরবনি।

নোংলেন—ঐনা পামজবা ঐনা তৌনীংলিবচু অমুক হায়রগে। পাবুংনা গাড়ী নঙ ঐগী শিজীন্নবা ওক্সা থম্বীরম্মী। কার অমিনা কোর্ট কাবদা নঙ শিজীন্নৌ। ঐনা জীব গাড়ীসি শিজীন্নগে। জীবগাড়ীসিদা হিদাক লাংথক, খুজু থুংলায় ওনা হাপচিল্লবা অতুপ্পা থুদং থুদম্বা কোয়না চংতুনা অনালাক্লেংগে থজি। মসিদা নঙগী মোত কল্লিলো?

লৈস্না - য়ুমদা ক্লিনিক অমা হাংবদি কমদৌই ? ক্লিনিক অত্তুদা ফমুং ফাম্নুং ফজনা থম্লগা হিদাক লাংথক মতীক চানা থমত্তুনা য়েংবস্নু য়াইনা। অমুক কোয়চৎ চক্রবস্নু। নঙস্নু কোয়চৎ চৎতুনা লৈরবা, ঐস্নু চৎথোক্লবা। য়ুম্না কমদৌহৌবা ?

নোংলেন—য়ুমগীদমক নঙ মুংশা থীম্নু। কৈস্নু তৌরোই। য়ুমদা ক্লিনিক হাংত্তুনা অনাবা লায়েংবা ইনাক খুনবা পৈশা পায়বা অনাবদদি কৈস্নু ওইদে লায়না লাকপা ঙমগনি। অত্তুগা লায়রবা, খুঙ্গং অথাপ্পদা লৈবা অনংবা কাঙবুদি অমতা লাক্লরোই। অত্তুনা ঐনা চৎপা তাবা। মথোয়দি মশা মশানা লাকচনবা শেল লৈজদবনি। মত্তুগুম্না খুঙ্গংদা লৈবা লাঙ্গৈরবা অনংববুনি ঐনা লায়েংনীংলিবসি।

লৈস্না—আইদিয়াস্নু ফজে। রাখলস্নু য়াম রাংঙি। অত্তুদা।
নোংলেন—অত্তু অদা অমুক তৌরম্নুসি থবক হৌনবা তৌরসি।

( ৫ )

( রাংঙ দা লৈবা অহল ফানজৌবমগী শঙ্গোয়জাওগী য়ুম। নোংলেন কোম্ফোংজৈ অহুম পাম্লিবা অত্তু অনী হাংদোক্লগা চণ্ডকই। চণ্ডকত্রিঙৈদা কোম্ফোংজৈশিংত্তু অমুক হাপচিন্দুনা

লোন্নশিল্লম্মী। মানা নহা পাখং ওইরিবঁ ইনখৎলকপা মতমদা মেরৈগী লোয়ননা হেক হেক লাক্লম্মী। মতম অদুদা লৈহৌবা শঙ্গোয়জাওগী লাইখন তাবা য়ুমথু লৈরমদরে। য়ুমজাওথু নীংথিনা শেম্বী শাবিদুবদৈ তেকখিবা ওইরম তাই। লম্বীদা হংবদা তাকলপা য়ুমদি শোয়দে। ইংখোললুদ্দা মথা শঙ্গোই ভামদি লৈ। ওখাক চাউই। মী লৈনবা শঙ্গোয়স্থু মাল্লি। শঙ্গোয়থু হুয়া নোংলেন চঙশিল্লি। )

নোংলেন — মামহন! মামহন! (কনাস্থু খুমলক্কে। অমুক হন্না কৌই) হো মামহন। মামহন লৈতবরাও? য়ুমসিবু মপু লৈতবরাও? কনা লৈগে?

শঙ্গোয়জাও—(মনীংগী রাপল মরক্তগী কৌখিবথু তাথুনা খুম্মকই) হো কনানো? ঐ স্নিদা বা য়াল্লিয়ে। লোইরে ঐ থোরকঅগে ভাহাক্তা জ্বাইরম্মো। (শঙ্গোয়জাও মনীংদৈ লাক্লে নোংলেনগা উনুরে।)

শঙ্গোয় — ইবুংঙো করি হায়গে?

নোংলেন — (শঙ্গোয়জাওদা খুরম্মী হায়) মামহন ননাই ঐহাক নোংলেন নে।

শঙ্গোয়— নোংলেন হায়বু কনানো? মামবু নীংশিংবা থোক্রে-নাহে। অহলগা ওইশিল্লকপাসিদা।

নোংলেন—কুইরবনিনা কাউবিরম্মনি। চহী ২০ মুকী মম্মাক্তদা

লাকচরম্বনি। মাস্মগী নমোয়ুপী মেলৈগা লোয়নতুনা তত্তনা লাক্লম্বদো ননাই ঐহাকনি মামহন।

শঙ্গোয়—চহী হেক খুদিংগী নীংঙোল চাকৌবা মুমিত্তা মেলৈবু হেক হেক থিনবিরকপা অদো ইবুংঙো নত্রনে?

নোংলেন—মান্নি মান্নি। ঐনি।

শঙ্গোয়—হৌথিবা চহী ১৪/১৫ সিদি ইবুংঙো ঐগীসিদা লাকুখিদ্রেনে?

নোংলেন - অহোয় লাকচখিদ্রে।

শঙ্গোয়—ঙসি লেঙভুকইসিনা চুম্না ঐবু উননীংতুনা লাকপরা নত্রগা করিগীনিনা? ঐগী ইমৌ মুপী মবাইবক থীরবী অতুনা ইবুংঙোদা খবা চৎপীরু মাগী মুংঙাইবা পাউ তুম্বীরু হায়তুনা থারকপরা? ইমৌদো না য়েক-হৌদেকো।

নোংলেন—( মামহনগী রাতু তাবদা নোংলেন ঙহ্লাক্ ঙকচানৈ। মাদি মেলৈ থিবা লাকপনি। মযুমদগী মাগী মাস্মগী মনাক্তা লৈগ্রে হায়বতুদা) মামহন্না তাকপীরিসি ঐহাক ভাব অমা লাম্বা ফংজদ্রে। মেলৈবু মামহনগী-সিদা লৈতবরা?

শঙ্গোয়—লৈরম্মী। হৌজিক্তি লৈদ্রে। মানা চৎখিবা মুমিৎতুদা চৎলমদাইদা মানা হায়রম্বদো মামহন ঐ চৎলুখিগে।

য়াম মুংঙাইনা লৈরুগদবনি ইমান্নবী মরক্তা হায়রগা মিংতি ঈরা চেন, পিনা পুমথুম থুম কপতবা শাহুনা ঐবু খুরম্মগা মানা মুশীহুগা লোয়ননা শেকৌ শেকৌ চৈশু শুহুনা থোকখিবদো। মানা থোকখিবদো ঐগী থম্মোয়সে পুবা য়াখিদবনি।

নোংলেন—মানা চৎখ্রিহুবু কদায়দনো ?

শঙ্গোয়—তাকয়েন্দা হায়ব্রা লমফেলদা হায়ব্রা করিনো মুম্না খণ্ডেনে মাম্মদি। মফম অহুদা মাগুম্না শোই-নাইন্নবা ময়ামগী লৈফম্নি হায়নে। মহুদা মথোয় ময়ামহু মহৈ মশিং তম্বীহুনা য়োক থাক্লুনা থম্মালে। মহুদা লৈরুনি। মহুদা তম্নকপা মহৈ মশিংহুনা মহয় চারকান্দা মাম্মগীদা লৈনি। মামহনবু য়োক্কনিকাম্নু হায়রম্মীনে।

নোংলেন—মানা চৎখ্রিসি কয়াদি কুইরে মাম্মা ?

শঙ্গোয়—চহী ৪ রোম অহুম ফারম্মনি। মাম্মনদি অহল ওইশিল্লক্লুনা নোংমা নোংমগী অম্মুম শোনজিল্লকই-দো। অম্মুক কুইরবা মতমসে, লৈতবনে করিনে পূনখিহুনা নোংমতবু ইগৌম্মী মনাক্তা চৎভুনা হংলুদেনে ইবুংঙো (হায়রগা খুদৈ মচিনা মপি তৈথোকই)

নোংলেন—মামহন।

শঙ্গোয় - ইবুংঙোমা মাবু ইংলণ্ডদবা অসিনা থুইখ্রমাক্লে। ওরাং অহীংগী মওদা মাবু উইনে। মান কোম্হোং কাল্লম কানফাংত্রিডবৈ হৌরক্লুনা মামহন মামহন হায়না কৌথুনা চওওকঅগা মোমোন তৌনা নোঙ্গগা শুমাওদা লেপন্নীসে। মতুঙ্দদি মখোও তেক্তববুমক্ত্তু তৌই। মখোও অনীনা ফজনা লেপন্নী। ফুংঙাইথিদ্রেদা চাকক্রৈদা থর্মোয়রসে। ইমৌদো মশক থীবস্নু নত্তেকো। কৈমতা রাংতেসে মশম মনানা শাংলিবা, কুচু কুমল্লা ফজরিবা। রাঙাং খোমফম, ব্যবহারনা চওবোল্লিবা।

নোংলেন - মেলৈবু কনাগা চংমিন্নখিবগে সিদেবো ?

শঙ্গোয় - রাঙগী মহিলা মন্দলগী থৌপুননি হায়ব্রা করিনো ইবেমহল হায়দনা শাবল লৈকাইদা লৈবদো। ইবুংঙোবু মা খঙদব্রাও ?

নোংলেন—খঙজদে মামহন।

শঙ্গোয়— মা মী রাম ফবনি। ঐখোয় থুংল অসিগী নুপী নহা মথাম অমা মহে মশিং তম্লবা, শেম্থোক লম্বী শেম্থুনা চাওথং থৌরাংগী থবক পাম্বথংলিবনি। মাগা লোয়ননা চংখিবনিনে ইবুংঙো। মীনম্নু মামহন নুংশা থীরক্নু ঐজা মৈলেগী মিং চনবিরকদৌরিনি ঐগা লোয়-

ননা চৎকদৌরিনি হায়রম্মীনে। অতুগা মখোয় অনী লোয়নতুনা চৎখিবনি।

নোংলেন—অতুদি তাকয়েন্দা লৈবা হেন্দিকেপ হোমদা ওইবা তারে।

শঙ্গোয়—হো হো মতুদনি মতুদা। ঐখোয়দি হায়বকা থোক্কনে।

নোংলেন—মামহন ঐ কনানো কৈদৌবা লাকপনো হায়বদো মরমতু শুগাইনা লীজরগে। ঐসু মামহনদৌনা থম্মোয় শেংনা মেচৈবু ইচনমক্নি থন্না খু'শিজবনি। ঐসু মাগুম লাইবক থীবা নহা অমনি। পীকনা ইমা ইপা অনীমক লৈখিদে। থুরানা য়োকপীরকপনি। চাউরক্লবা মতমদ ইন্দোমচা অতুনা মচাগুম থম্লক্লে। মতু পুম্নমক মমা অমা ওইবগী হৌনবা অপোকপা মচাতবু মচানি থনবা হৌনশানি থন্দোকই। ঐ রারৌদে।

শঙ্গোয়—ইচাগা মীচাগবুদি কদায় মাম্লগদগেদে।

নোংলেন—ঐনা পিশক পীকলিঙৈদে হৌমিন কাম্নিনরকপা মেচৈনি। মহাক করম্বা হুপীমচানো হায়বদো মুম্না থঙকে। মানা শোইনাইদ্রিঙৈদে হৌন লোয়নরকপনিনা মাগী মতো য়েংবদা ঐ কয়া খুংঙাইজদে।

মীমাম্নবমক ঙমত্রবস্নু খুংশেম্না শাবা খোঙ অমতং হাপ্লগা মানা চৈগু য়াওদনা চৎপা অদো অমুক্তং উজনীংবনি। মত্থবু উবা ফংলদি ঐ পোকপগী মহয় য়াম্লে। মত্থগী আশাদা ঐ হিংলিবনি।

শঙ্গোয়—ইবুংঙো মত্থবু ওইখোক্তরনে?

নোংলেন—ওইগনি মামহন ওইগনি। মত্থইদমক্তনি ঐনা ঐগা মরী লৈনদবা ইনাক কৈরাক খুনবা অমগী মচা মুপী অমতা পোকচবী অমা লুহোংতুনা লৌবনি। পাবুং অত্থনা মচামুপী অমতা পোকচবী অত্থগী মক্সাক ওইবনা ঐবু লুনা তৌই। ঐনা তমগে হায়গৈ তমহল্লি। বিলাট, আমেরিকা, জাপান, চীন য়ৌক্লরবনি।

শঙ্গোয়—ইবুংঙো! হায়ন্নিসি তম্বগীদমক চৎলুরিনিনে লৈবাক মম্লামসে।

নোংলেন—মাম্নি। খুংশেমগী ফজবা খোঙ থিবা। মত্থগী মরমদা তম্বনা মক্ত ওইবনি। নোংমা নত্রগা নোংমদি শোয়দনা মামহনগী মাওদা শোইনাইদবী লৈশাবী অমগুমনা পুন্নক্তুনা মেলৈবু লেপহল্লখিনি। মুমিৎ অদো মামহন ওাইখিদু। শিবা মাক্সিকো। ঐ মেলৈগী

খোজুল মীরুখিনি। ফংস্ত্রিফাও খিদি। মামহন
ঐহাক ভক্তি কহ্মবি। ঐ য়োক্লগে। (খুরম্বা)

শজোয় —(ওকপা) ইবুংঙো, ইবুংঙো। ঐবু মগুলা ভাইবংলা
খণ্ডক্রে তে রিসে। (শোনবা) খুংশিগ্রেদা ইবুংঙোসে।
অসুক পূকচেল চাউবা নীপামচা থেংনরক্ত্রিদা।

(৬)

(তাকয়েন্দদা থৈবা হেন্দিকেপ হোম। হোমগী হোষ্টেলগী সুপরীনতেন্দেন্ট মাগী কাদা ফংদুনা থৈ। কয়িনো অমা ইরি। পিয়ন চঙ্ককই।)

পিয়ন—মেদাম সুপা অমা লাকই। মেদামবু অমুক্তা উনজগে হায়।

সুপার—চণ্ঠহল্লকউ, চণ্ঠহল্লকউ। ভাইখো সুপাদো নহারা অহল্লা?

পিয়ন—মীয়ায়নি।

সুপার—নোংমৈ পায়বা মনব্রা? জেকেট লিংপরা?

পিয়ন—মাগেদা। জেকেটস্তু লিংঙে। মশাগী নাম্নি। ফিজেংতো নান্না চন্না শেংলি।' ব্যবহারসু ফজৈ হায়জরিবা।

সুপার—কম্নরা?

পিয়ন—হৌজিক কাংগী মী ওইরদি—হয়না পিয়ন সুপর-

ইন্সেপেক্টর লৈব্রা ? উনগে চৎলো হায়রুচো। চঙৎককে য়াগদ্রা কা হায়দুনা শক তাখৎনা হায়গদবনি।

সুপার—অঙবা মী মায়বদি চঙহল্লকউদনা।

নোংলেন—( নোংলেন চঙৎই হায় ) নমস্তে মেদাম !

সুপার—( ওকুনা ) নমস্তে। ইবুংঙো চৌকিদুনা লেওশিল্লু।

নোংলেন—থেঙ ইয়ু। ( হায়রগা চৌকি খজিক চিংথোক্লগা ফম্বা )

সুপার—ইবুংঙো করি তাকপীগদবা ?

নোংলেন—মেদাম, হোম অসিদা লৈবা ফুপীমচা অমতা উনজগে হায়দুনা।

সুপার—য়াদি কৌথোকচগে। করামো ? মমিং করি কৌদনো ?

নোংলেন—মেলৈ কৌবনি ফুপীমচাদো। মথোঙ নামস্থু শোয়বমি।

সুপার—মেলৈ হায়রিবী ফুপীমচাদি চহী ৩/৪ লৈরল্লগা চৎখিবহু ওইবা তাই। মাগী মমিং চনবগী রেজিষ্টরনচিংবা অহু মুন্না য়েংলগা কমফার্ম তৌসিকো ইবুংঙো।

নোংলেন ফনি মেদাম।

সুপার—( বেল খিংবা পিয়ন চঙৎকপা। লেপতুনা লৈবা )

য়েংঙোই হেন্দিকেপকী মীংজন রেজিষ্টারদা অমুক্তা পুরকউ। হেড ক্লাক্তা লৈবনি। (নোংলেন্দা ওনশিন্দুনা) ইবুংঙোবু মেলৈগা করি থোক্লবগে ?

নোংলেন—কৈস্নু থোক্লজদে। হৌমিন্নরকপা লৈকাইগী মবুং অমনি। মানস্নু মবুংমক্তি থনজবা ঐনস্নু ইচনমক্তি নীংজবনি।

( পিয়ন্না রেজিষ্টার পুথুনা চঙলকপা। সুপরিন্তেন্দেণ্টতা পীবা। ফাকৎতুনা য়েংবা অতুগা মরোল হায়রকপা )

সুপার—ইবুংঙো মাদি চৎখিবা চহী অমা হেল্লে। মমিংনা মেলৈ য়ুমনাক্তা মোইরাংথেম। ও ঐ নীংশিংলক্লে। মানা মীং চনবা মতমদা মপাগী মিং য়াওগদবনি। করিগুম্বা শিখিবা থোক্লগনা লেট হাপকদবনি হায়। মহাক মমা মপাগী মিং হায়বু হায়বা য়াখিদে। মমা মপাগী মিং তাকখিদে। মিং অনীথক মহাক্তা পী। মখোয় অতুদি মানা হায়রম্বগী বানিকো ইবুংঙো। মাগী মমাগা পোকমিন্নবা মাম্মা ফানজোবম শঙ্গোম্বজাও কৌই হায়। অমনা নোংলেন কৌই মবুংশিংনি হায় মখোয় অনীনা মাগী অহল লমম্নি হায়না মিং চনখিবনি।

নোংলেন—মাম্নি চুমলে। ( হায়রগা মহাক অশাংবা স্বর মপী

অমা হোনখি। হুমাং মরীক মরীক মমায়দা কাবহু উখি )

সুপার—মহাক ফুরিৎ তুবা হৈগ্রবনি! খুৎ নাল্লি মওং ফকৈজ হায়হুনা মীনা মাবুতা তাগ্নে। মানা তুবা ফুরিৎ ময়াম্না পাগ্নে। মানা ট্রেইনীং লোইবা মতমদা সরকারনা মঙোন্দা কোম অমা পী। কোমবুদি ফম্মগা তুবা কোন্দুনি। মখোঙ য়াওদে। মহু মাগীনি। চৎখিবদা পুখো হায়বনি। মানা য়াদে পুখিদে। অদুগা মানা হায়রম্মী—ওজা ঐ য়াম থুনা হল্লকনি। ঐগী মাম্মহু অহল ওইয়ে অমুক্তদি উনহৌরুগে তৌবনি। মুমিৎ অদুদা চৎখিবদৈ ঙসি ফাওবা হল্লক্কে।

নোংলেন—অহুদি কমদৌনি ?

সুপার—মাগী মাম্মগী য়ুমদা ইবুংঙোনা লেওহুনা অমুক্তা য়েং-বিরু। করিগুম্বা লৈরম্বা থোক্লবদি ঐঙোন্দসু পাউ অমতা পীবিরকউ। মুপীমচাদো ঐদি য়াম মুংশি-জৈনে।

নোংলেন—ফগনি মেদাম। ঐ অমুক য়ৌজরগে। ( হায়রম্লগা হৌগৎতুনা থোকখি। )

সুপার—( ঙকচাননা লৈহৌই। পিয়ন বেল খিংহুনা কৌই।

অছুগা হায় ) হৌজিক থোকখিবা সুপাদো করিদা চৎখি কদোমদা চৎখি য়েংঙু চো ।

পিয়ন—মেদাম হৌজিক লাক্লখা সুপাদো য়াম চাউবা ওইরমাল্লে । ফিরাল চৈথোক্ক য়াওবা কার গমদা তোংদুনা মমাং পাংনা হায়গৎখি ।

সুপার—সে রেজিষ্টারসি পুসিনখরো । হেল্ড ক্লার্ক্কা পীরম্মু । ( পিয়ন রেজিষ্টার পুদুনা চঙখি । সুপারনা শোলহৌই ) কনা ওইরিগবা হৌজিক্কী সুপাহুবো ? অচম্বা মীওইদি মান্দে ।

( ৭ )

( ফমফম কাদা নোংলেন চিন্তা তৌদুনা তুমিন্না সোফাদা মথুৎ খদাং শোদুনা মথল্লতা ফমদুনা লৈ । লৈস্না কোর্ট চৎলুবগী ফিমু গাউন্দ শেং কাদুদা চঙলকই । ফাইলনচিংবা খরসু পায়রকপগুম তৌই । ড্রাইভর নোংথাঙনা অচৌবা লাইরিক অথাবা ২/৩ সু পুদুনা লৈস্নাই মতুং ইন চঙলকই । )

লৈস্না—তানোংথাঙ লাইরিকশিংদু ঐগী ওফিস রুমগী লাইরিক ময়াম থম্বা রেক অদুদা খর থমম্মু ।

ড্রাইভর--ফগানি ইবেম্মা । ( ড্রাইভর থোকখি )

লৈস্না—ডাঃ, ঙসিদি কদায় কদায় চৎপিরুগে ? ইশুক শুমথনা তুমিন ফম্লমলিবনা কৈদৌরবা ? ( নোংলেন খুমদে ) চা থক্লবরাও ?

নোংলেন—থক্রি নঙ হল্লকপা ঙাইরম্মিনি।

লৈস্না—বোবো, বোবো, নঙবু তারিব্রাও ? ( মন্তংদৈ বোবোনা তারে হায় খুম্মকই ) চা অশাবদো কপ অনীতা ফজনা শেম্মগা পুরকও। ( বোবোনা চা কপ অনী পুথোরক্লুনা থনম্মী ) ঙসি কেসকি পাউ খরা তমগে তৌবনি। নওনা ইশুক শুকথনা লৈরমসিদা ইতন তল্লবা তমগদবা।

নোংলেন—তনগনো। তম্মো তারসে।

লৈস্না—ঐনা তমদৌরি পাউসে মুংঙাইবমে। ঐসা লেপ্পা কেসনা ঙম্বগী ৱানিদা।

নোংলেন—ঐগী পাউনা অৱাবা, মুংঙাইতবা, নীংঙমদবৈ মৈচাক।

লৈস্না—চাদো পায়রো ইংথ্রনি।

নোংলেন—( চা কপ অহু লৌখংলি। অমুক অনীরক চিংলগা ) লৈস্না, ঐখোয়নী ৱাদৌরিবো। নীংঙমখিদ্রেদা।

লৈস্না—মুংঙাইতবা, অৱা মৈচাক্তি মীঙোন্দা তমথোক্লগা খরা

য়াংবনি। পুকন্নুংদা ফুমজুন, লৈরদি রাবনে। তম্মো তারগে।

নোংলেন—( স্বর মপী অশাংবা অমা হোল্লগা ) মেগৈ মাঙখরে।

লৈস্না—( নুংশা থীনা ) করম্না ?

নোংলেন—করম্না হায়বু মেগৈ মাগী মাশা রাংঙ্দা লৈবা অতুগী মনাক্তা লৈ হায়বতু নঙস্ন খঙইদনা।

লৈস্না—খঙজে।

নোংলেন—রাঙ্দা ওরাংদো ঐ চৎলুই। মামহনদো য়াম অহল ওইরমলে। লৈরমদবোই নীংতুনা ঐনা মেগৈ অমুক্তা উনজগে হায়রুবদা মামহন্না থুদৈ মচি অতুনা মপি তৈথোক তৈথোক মেগৈ চৎখ্রে। চৎখিবা চহী ৩/৪ শুরে হায়রকই।

লৈস্না—কদায় চৎখ্রিবা ?

নোংলেন—তাকয়েলদা লৈবা হেন্দিকেপ হোম অতুদা লৈগ্রে হায়রকই। মামহন্না মেগৈগী মরমদা রারী অতৈস্নু য়াম লীরকই। রারীতু নঙোন্দা তম্মরোই শাংগ্রে।

লৈস্না—মামহন উনরগা নঙ অতুম রাঙ্দৈ হল্লক্রব্রা ?

নোংলেন—হল্লক্রে। রাংঙ্ চৎলুই হায়বতু নঙোন্দা তমদে।

লৈস্না—তমদ্রিদি করি মরমগীনো ?

নোংলেন—তমদবৈ মরম্না ওসি অসি হেন্দিকেপ হোমদা চৎলগা মেলৈ উনরগা মাগী অরেপ্পা অমা খণ্ডোক্লগা মাবু লৌরুনবা তৌসি হায়না খল্লম্বনি। মতৌ করম তৌরগা করি হায়রগা য়ারক্কদগে হায়বতু নওগা খন্নগে তৌবনি। পুন্নমক হৌজিক্তি অরেম্বদা তারে। উৎতা ঘী হৈবা থোকখ্রে।

লৈস্না—( য়াম্না খওনীওনা লাওতরুবা অমগা লোয়নননা ) অদো কৈদৌরগে ?

নোংলেন—কৈদৌবা হায়বু হোমগী সুপরিনতেন্দেণ্ট অতুগা ঐগা ঐখোয় অনী চওতুনা এদমিসন রেজিষ্টার ফাক্তুনা থিরে। মমিং মথা লোইনা চুন্নরে। মহাক হোমতু থাদোক্তুনা মাগী মাম্মা রাংও্দা লৈবতু উনরুনি কুইনা লৈরক্লোই হায়তুনা চৎখি মপোৎ মচৈস্নু অমতা পুখিদে। চৎখিবা চহী অমমথায়রোম ফারে হায়-রকই। মাগী মাম্মগীদস্নু লৈহৌদে।

লৈস্না—অতুদি কমদৌনি ? কদায় লৈরমনি মাবো ?

নোংলেন—শিখি হায়স্নু খওদে, হিংলি হায়বস্নু খওদে।

লৈস্না—মাগী অপোকপা মপাগী য়ুমদা হংবদি ?

নোংলেন—মতুদা মা লৈরমনি থাজদে। মহাক মপা অমদি

পোক্কবী মমা অনীহুবু য়ৌনা হুংশিদে, তুক্কচৈ, হৈনদে, মখোয়গী মনাক্তা লৈনীংদে।

লৈস্না—মহুগী থুদমদি ?

নোংলেন—থুদম হায়বু মিং চনবা মতমদা মাগী অপোকপা মমা মপা হংবদা তাকথোকউ য়াথিদে। গারজিয়ানগী কলমদা ফানজোবম শঙ্গোয়জাও, রিলেসন মেটরনেল অংকল। অহুগা অনীশুবদা ডাঃ নোংলেম কংলৈচা, রিলেসন ব্রাদর হায়না লৈরম্মী। মহু উরুবদৈ ঐগী থম্মোয়সে পুবা য়াথিদবনি। ফম্বা ঙম্মক্তবনি ঐ অহুম তৌগংতুনা লাক্লে। ঐগী ইতৌহুদা স্থপরিনতেন্দেন্ট ঙক্তুনা য়েং লৈরেহৌই।

লৈস্না—মচি অমদা মরাইনা লৈজরমনিদা।

নোংলেন—ঐখোয়না মাবু কদায়দা থিরুগদগে ? নীংঙমথিত্রেদকো! হোৎনরুবা লুম্নমক অরেম্বা তারবা।

লৈস্না—করিগী তারুগদগে ? শিথিবমক্তি নত্তেদনা। মথোঙ মরম থঙদনা শিরদি থবরদা হাপলরুনি। রেডিওদা লাউথোররুনি। মতুমক্তি নত্রি হায়জরিবা। নঙ ঐ চঙহুনা থিরগা লোইরসিবো।

নোংলেন—হৌজিক মাবু ঐখোয়না থিরুগদবসি কদাইদনো ?

লৈস্না—ঐ সজেসন অমা তৌরগে। স্থম তৌরসি হুটি

থোক্লকপদা হায়দি থ্যাংজ নোংমাইজিংদা নগুনা খুঙ্গং লরাই থরাই চৎপদা ঐ য়াওরগে। নগুনা অনা লায়েংলিউে মতমদা ঐনা ময়ামদা কোয়হং হংতুনা পাউ লৌরগে। মখারোমদা থৌবাল ককচীং, সুগন্নু, মোরেনচিংবা চৎসি। মোইরাংলোমদা কুম্বী, রাংগু, চুড়াচান্দপুর চৎনি। অরাংলোমদনা কাংচুপ, লমদেং, সেকমাই, খুরুখুল, পুখাও, লমলাই মণিপুরগী কাচিন কোয়া থুংনা চৎতুনা থিনি। মেলৈ শোয়দনা ফংগনি। করি ফংদনেগে।

নোংলেন—ঐখোয় অনীগী পুন্সী অসে মেলৈ য়াওব্রবদি লৈকংলাগা চপ মান্নদৌরিনী। ঐনা নগবু লুহোংতুনা লৌবস্নু মাগীদমক্তনি। নগগী নপান্নদৈ ঐনা পৃথিবীগী চাওখৎলবা লৈবাক কয়া চৎলুহুনা ডঃ নোংঙ্গেন হায়না খ্বায়না ইকায় খুম্নরিনি।

লৈস্না—অদো মেলৈবু ফংনবা হয়েংদগী থিবা হৌরসে।

নোংলেন—হৌরসি মহাক ফংলগা ড্রোইং রুমগী আলমিরাদা লৈরিবা খুৎশেমগী খোঙ অহুম অসিদৈ অচাবা অমা মাগী মখোঙ অহুদা হাপচিনবিরবা অহুগা ঐখোয় অনীনা মখুৎ নামা নাম্না শমহুনা চৎপা তঙ্গাক। হৈরুকনা মতমদা চৎখোকপদা পুবিরা।

লৈস্না—ফরে।

( ৮ )

( নোংলেন অমস্তুং লৈস্না অনীগী য়ুম। অনীমক লৈরে। নোংমাইজী' মুগিংনি। মতমদো অয়ুকী পুং ১১ শুম্বা তারম্বা য়ারে। মখোয়গী থোঙ্গালদা মুপীমচা লৈশাবী অমা চৈশু পায়দুনা লেপলি। ফিরাল চৈথোক য়াওব গাড়ী থৌদোরকপা উবদা মেলৈ অতোপ্পা থোঙ্গাল অমদা লোৎলি থৈজিন্দুনা। গাড়ী চৎখ্রবা মতুং পুংখায়মুক লৈরগা থোরকই। অদুগা নোংলেনখোয়গী থোঙ্গালদা লেপতুনা য়েংলি চেপথ চেপথ। মুপীদুবু উবদা বোবো থোরকই থোঙ্গাল তম। লায়েংবা লাকপোই নীংদুনা ডাক্তর লৈতে হায়গে থোকপনি। )

বোবো—ইচে, ডাক্তরদি লৈতেনে।

মেলৈ- কদায় চৎখি ? মেম সাহেবতি লৈব্রা ?

বোবো—লন্নাই চৎকনি হায়রম্মে। মেম সাহেবস্তু য়াওগি। কারদা চৎখিবনে। লন্নাই অরাপ্পদা চৎলদি জীব তোংদোনে। জীবতা চৎতে কারদা চৎখি। হয়েংনে ইচে খরা ওন্না লাকও হায়বকো ড: উননবা।

মেলৈ—ইবুংঙো নঙনা ডাক্তর হায়রিসি মমিংদি করি কৌই।

বোবো—ইচে নঙ ঐখোয় ডাক্তরগী মমিং খঙজ্রাও ?

মেলৈ – খঙদেবো।

বোবো— ঐখোয় ডাক্তরগী মমিংদি নোংলেন কংলৈচা কৌয়ে।

মেমৈ—( মপূক্নীংদা শোয়ত্রে থম্লি। মখোল থোক্লা ) মেম সাহেবকী মমিংনা করি কৌই ?

বোবো - ইচে নঙ ঐখোয় মেম সাহেবকী মমিং খঙনীংব্রাও ?

মেমৈ—খনী°ঙে।

বোবো—ঐখোয় মেম সাহেবতি য়াম ফাওবনে। মমিং লৈস্না কৌয়ে। মমি° য়াম চৎপ্রজাৎনি উকিল লৈস্না হায়রুনা।

মেমৈ—লৈস্নাদো ঐখোয় ইনাওশিং থোকএ। মমাদো ঐখোয় ইমাগা পোকমিন্নবনে। অদুনেনে ঐনা মমিং হংলিদো।

বোবো—ইচে নখোঙ নামতা অস্নম লেপ্লদি ব্লারনি। মস্তুংদা চঙতুনা আদে ফমফম উরিসে- অসিদা চঙতুনা ফম্মুসে। অতুগা ব্লারী অতৈ অতৈস্নু শাসি।

মেমৈ—নহোয়গী ডাক্তরগা মেম সাহেবকনা শাওরোইব্রাও ? খোঙতেক মিৎতাঙ, অঙাও অকৈ চঙহল্লি হায়তুনা।

বোবো—ইচেবু ঙসাই ঐখোয় মেম সাহেবপু ইনাও থোকই হায়খিদাইনে ?

মেমৈ—ইবুঙো হায়খিয়ে। ইনাও থোকএ অতুদা হৌজিক্তি লৈস্নাহোয়দি অচৌ অশাং হায়তু ওইরিদো। ঐনা

মোতাই শুদাইনমা চাকনিবী-গুম্না লৈরিদো।
থেম্নত্রদো নখোয় মেম সাহেবকা ঐপসে? ঐগী ইনাওচু উনপে নীংচুনা লাকপনি। লৈরমত্রবনিনা উনদ্রেদনা। মোংখা উনবা হায়চুনি।

বোবো—ওসিদি করম্বা মতমদা হল্লকদগে থওত্রবনিনা ভাইচুনা কান্নররোই। হয়েংদো থরা ওন্না লাকও। ডাক্তরস্মু মেম সাহেবস্মু উননবা চংথোকমু হায় খাম থম্মমগে-কো ইচে। ইচেগী খোওস্মু ডাক্তরবু য়েংহনসে।

মেরৈ—নহোয় ডাক্তর সাহেবতুনবু ঐগী খোও অতেকপসে য়েংখিয়ু য়াগত্রনে?

বোবো—এ করি য়াদনি হায়গে। মাদি হরাওবনচুম লোই-রনি। মাদিনে মখোঙ মথুং য়াওদবা শোইনাইরবা মীওই ডাক্তবু লায়েংঙে। শেলস্মু কৈমতা লৌ-লাকপোং মঙে। লাইরবদদিনে ফিয়োল অচাপোং-কাস্মু পীরি পোংনি।

মেরৈ—অদুদি নহোয় ডাঃ সাহেবতি য়াম কৈনা।

বোবো—কৈ ইচে। য়াম ফজাথনি। ইচে সারিদা রাম্বচুনা ফম্বসে মুংঙাইতে। চৌকিদা ফমসিবা। লাকও সিদা ফম্মরো।

মেরৈ—ইচে ফম্মরোই। সিদা মুম ফম্মগে। মুমদা থবক

অরুবা অমা নৈেহৌই। হয়েংনে ঐ ওস্তা লাকে অতুগা শাংনা ৱারী শাসিকো। নঙগী মিংবু করি কৌবগে ?

বোবো—ঐগী মিংবো বোবো কৌয়ে। ঐখোয় ডাক্তর সাহেবনদি বোবী কৌই।

মেদৈে—বোবী, ইচে ঈশিং য়াম খোৱাংঙে। ঈশিং খিত্তা পিথকউবা।

বোবো—( বোবো ঈশিং লৌথোকপা চঙখি। চঙনা চঙনা হায় ) ইচে অচাপোৎস্নু য়াওরকে।

মেদৈে—য়াওরকনো। ইচে ঈশিংদা মথকে।

বোবো—করিগীনো ইচে ?

মেদৈে—চানীংদতুনা তৌবনে। ঈশিংদনি ঐনা থকনীংবা খোৱাংতুনা।

বোবো—( ঈশিং গ্লাস অমা পুথোরকুনা পীবা ) সে ইচে।

মেদৈে—( ঈশিং লৌতুনা থকপা ) ইপুৱানা ওসি পীথকপা ঈশিংসিদি ওস্থোক্না ৱাওথ্রেদা।

বোবো—হাওনি। ঐ য়াম পীথকনীংনা পিথকপা অতুননি ইচে।

মেদৈে—(দাৱীদা মখোঙ য়াম্বতুনা ফমলমনদৈ হৌগৎলগা চৈস্নু পায় লেপ্লগা) বোবী, ইচে অমুক য়ৌগ্রগে।

বোবো—করিগীনো ইচে অমুক থুনা।

মেতৈ—য়ী উহন্নীংদেনে ইবুংঙো।

বোবো—কৈপীনো ?

মেতৈ—মী উখ্রদি ইনাক খুনবৈ য়ুমদা নিবা লাকলিনি থনখিদবা। ( থাঙ্গহেক শেংবদি ডাঃ নোংলেন অমস্তুং উকিল লৈস্না অনী থুনা হল্লক্রদি মাবু উখিনি থেংনখিনি অসিনি। মেতৈনা য়াকপদি অশেংবা অমা থঙনবৈদমকনি )

বোবো—খল্লোইদা। ইচেদি অচাপোং চাও হায়ফাও য়াক্রগা।

মেতৈ—বোবী, নঙ লৈহৌরোকো। ইচে চংলগে।

বোবো—ইচে নঙ অমুক লাকখোকো। য়ারদি হয়েং লাকও ঐখোয় ডাক্তর লৈবা মতমদা। মা লৈরদিনে নঙগী নখোঙদো মরাইনা হাপচনি। অযুক্তা লাকও য়াম ওর।।

মেতৈ- নহোয়গী ডাক্তর সাহেবনবু ঐগী খোঙ হাপ্নীয়ু য়ারক্রনে ?

বোবো—য়ানি। করি য়াদনি। মাইদিনে অশাবা খোঙ ৩/৪ লৈবনি। ফক্তগ্রবা অমা হাপচনি। ইচে নঙ হয়েং লাকউকো। ডাক্তর থাম থমমমগে।

মেতৈ—হয়েংদি ওম্বা য়াই ওমদবা য়াইকো। অহুনা ঐনা শোয়দনা লাকদবা থুমিংতো কোন্না খঙহল্লকে।

ঙসিদি ঐ য়ৌখ্রগে। বোবী ঐ শোয়দনা খঙহল্লকে-
কো ঐ চৎলে।

( মেলৈ তপ্না তপ্না মখোঙ থাং। চৈশু শুহুনা থোকথি থোঙাল
তম। বোবো য়ে হৌই লেপতুনা থন্নাই মুংঙাইতনা। রানা
লাক্লগা ডাক্তর থেংনখিদবা অহুদা। )

( ৯ )

( লৈস্না উকিল অমদি ডাক্তর নোংলেন কংলৈচা অনী মেলৈ
থিক্লবা ফংলক্তবৈ রারী শান্নি। ফমহুনা ভ্রোইংরুমদা )

লৈস্না—মোইরাংগী ঙায়োনবী মুপীহুনা তম্বা পাউহ্ চুমদি
চুমজাংনি।

নো'লেন – চুম্মী। অহুদা হৌজিক মাবু কদায়দা থিরুনি ?

লৈস্না—কৈখেল ফম্বী মুপীশিংহুনা হায়রকপগী মতুং ইল্লদি
মহাক পংথাপ থাপনা চৎলমগদবা মান্দে।

নোংলেন—করম্না ?

লৈস্না—ঙরাং মুমিদা'রাইরমদা উথি। হোত্তেলগী অজ্ঞা
ঠৌরাণীনা মেলৈগী মথরাইসি ঙসি নিনী হুমনিসি কয়া
মুংঙাইতনা উইস্নু হায়। পোৎফম ফম্বীশিংদৈ নিরগা
থোং থাক চাই। ঙরাংদি থোংবা উদে। অহুদা

ঠৌরাণীমা পীজে হায়রকপত্বদি। ঙরাং হুমিদাংরাই উবত্নদি মা পংথাপ থাপ্না চৎলমলোইদ্রা হায়জরিবা।

নোংলেন—রাকমত্ব খন্নবা য়াবা রাকমনি। অত্বদা মা কনাঅত্তদা কৈমত্তা হায়রঅদবসিদা চিংনরিবা।

লৈস্না—ঐনা কোয়চং চৎতুনা কৈথেল হুপী পোংকম ফনী অয়াম্বদা হংলে। মহোয়না হায়রকপদি কৈথেল হুপী অয়াম্বনা মাবু লুনা তৌই। অঙাওবীমক ওইরবস্তু গরম ওকই। হোত্তেল ফম্বী ঈমা ঠৌরাণীগী লৈরং হুমিং খুদিংগী রাই তৈবী। হোত্তেল বোইগী মত্তেংস্তু মবক ময়ক্তা পাংবী। অদৈ হেন্দোক্লত্বনা লোংমা নোংমগী ওইনা অঙম অঙম্বা পোংকম ২/৩ ২/৩ শনখী লৈঙোই হাপত্বনস্তু হেক হেক কৈথোকপী হায়। ফিয়োনবী ময়াম্না লুনা তৌবনিনা শেৎ চানবা ফিবোল রাংত্তে। অত্বগ্যা অমস্তু হায়।

নোংলেন—করি হায়রিবা?

লৈস্না—অত্বরুরাও মহাক ফিরাল চৈথোক য়াওবা কার উরদি মা ক্লেক্না কদায়দনো অমা লোংথিস্তু হায়। অচৌ অশাংশিংগী লমচৎ মা য়ানীংদ্রবরা? নত্রগনা মাবু ওৎপী নৈবিথিবা কৈবরা করিগীনো খঙদে হায়।

নোংলেন—মানা ফিরাল চৈথোক য়াওবা উবা য়াত্রিত্বগী মরম

ঐ খঙডি। য়ারৌতুনা তৌরিনি। মা মশাদি খঙজরমদবা য়াই। মরমতু ঐ নঙোন্দা কোন্না হায়গে।

লৈস্না—ঐদি মা শোয়দনা মোইরাং কৈথেলদা অমুক হন্নক-খিদরা খল্লি। মরমদি মাবু কৈথেল মুপী ময়ান্না লুনা তৌবিবনিনা হায়জরিবা। মানা কৈথেলসিদা লৈরকপসি চহী অমরোম খর হেল্লক্লেম্নু হায়।

নোংলেন—অদুনদি মা চুমদ্রিং হেন্দিকেপ হোমদৈ লাকপা ওইবা তারে। অদুগা মোইরাং কৈথেলদা অদুম লৈরবা।

লৈস্না—ঐস্নু অদুম খল্লি।

নোংলেন—য়াংঙ্দা মাগী মাম্মা লৈ। মানা মোইরাং কৈথেলদা লৈগে খনবসী মরম মাগী মাম্মসী মনাক খর নক্লা লৈনীংবস্নু ওইরম্বা য়াই। অদুনন্নি।

( মতাও অসিদা বোবো চা কপ অনী পুন্দুনা চঙকই। টেবলদা চা থম্মগা হায়। )

বোবো—সাহেবকা, মেমসাহেবকা ঐনা পাউ অমা তম্মদি হরাওবনা ঙক্কনি।

লৈস্না—করি পাউনোনে ?

নোংলেন—ঐখোয় অনীনা হরাওনি হায়রদি তম্মো তারসিদনা।

বোবো—ওসাই সাহেবকা মেমসাহেবকা চৎখ্রবা তুংদা মুপী মখোঙ তেকপী অমা লাকঅম্মী। ঈশিং য়াম খৌ-রাংঙে। ইকায়হুনা সাহেবকা মেমসাহেবকা চৎখিবা ঙাইবনি। ঈশিং খিঙ্গা থক্কে হায়হুনা পীথকখি।

নোংলেন—শোয়দ্রে মেনৈ ওইরম তাই। নঙ মমিং হংহৌবরা?

বোবো—মমিংদি ঐ হংহৌদে।

নোংলেন—শোয়দনা মেনৈ ওইরম্মনী।

লৈস্না—ওইরম্মনী। ঐখোয়ন মাবু থিবা হাইথরবা। অহুগা মানা সোমদা লাক্লবা। কারণ চৎনবনিনে তৌরিসে।

বোবো—ঐনা ইচেহুদা হায়বনে। ঐখোয় ডাক্তর সাহেবতি মমিং চৎপা য়াম হৈবা ডাক্তরনে। অা বিলাটকা আমেরিকাগা চৎলুরপোৎনি। ইচেগী নখোঙ অতেক-পদো শমহনগে। ইমুংদা অশাবা খোঙ ৩/৪ লৈ। মহুদৈ অচাবা অমা খল্লগা সাহেবনা মরাইনা হাপচনি হায়খিবনে ইচেহুদা।

নোংলেন— মুপীহুনদি করি থুমম্মী ?

বোবো—মানা থুমম্ববুরাও? নহোয়গী সাহেবকা মেমসাহেব-কনবু য়ারক্কদ্রনে হায় থুম্মে।

লৈস্না - মহু হায়রম্মগা মা অহুম চৎপ্রবরা?

বোবো—চৎখ্রে। নোংমা অমুক লাকখো হায়বদা ইচেহুনা;

শোয়দনা লাকখিনি হায়রম্মগা অদুম চৎখ্রে। ঐনদি লাক্ক য়াদে হায়খিবনি।

( ১০ )

(মোইরাং কৈথেলগী সিন। কৈথেলনিনা খরা লাওভি। মায়কৈ অমরোমদৈ লাউনরকই শন ব্রাইনরে হায়না। হন্দোকউ হন্দোকউ অঙাংসা হন্দোকউনে। শননা নেৎলরংনিনে। হায়রিমক্তদা করম্বা অঙাংনোনহৈ। অশোনবীদো অশোনবীদো নেৎশায়রবা তারেনে। মাদি চেনবা ওম্মোইনে। নখোয় নপাঙ্গল কনবা অমনা পমতুনা খরা থাংদোকপিরো। নত্রবদি মা চেনথোকপা য়াররোইয়ে। পাখংসা নখোয় অমতা ভাদ্রবরাও। নংঙরোইয়ে। ইহে হায়রিমক্তদা নেৎলেনে। হনজিন হনজিন নেৎলেনে। ওহো থরো থরো ওল্লেদো। ওম্মোকইদা।

অদৈ ময়াম চেনশিন্নরকই। হংনৈ অমগা অমগা কদায়দা শোকই। কয়া থীনা নেৎপনো। মথবাক্তনে। কনা অমনা মবুক্তা নেৎতুনা মখোয় মরীনদো খর খরা উহৌরে। খরা অমনা মগুক্কা নেৎপনে স্বর হোনবা য়াহৌদ্রে। শিরনি। কৈথেল রানি পংঙাঙ ঙাঙনৈ।

অহল খর ওইরবী মুপী ৪/৫ দি তুম্বক্কা ফমদুনাকপাহৌই)

খোজো—ইবুংঙো ডাক্তরা, মুপীমচাদো কয়া থীনা শোক্লে। হিংখিদরাও? মরাইবক থীরবী মুপীমচানিনে। কনা লৈজদ্রবী।

ডাক্তর—থুড়া ইবুংঙো মুপীমচা অসি য়াম থীনা শোক্লে। সিদা য়েংবা য়াররোই। অা ইম্ফাল তান্না ঐনা গাড়ীদা পুত্নুনা চৎপা তারে।

থরো—তাধন হৌজিক ডাক্তরনা হায়রম্বদো করি হায়রিবনো?

খোজো—মুপীমচাদো য়াম থীনা শোক্লে। ইম্ফালদা পুবা তারে হায়রে।

থরো—ওম্মোকইদা! মরাইবক থীখ্রবী হায়রু ওইরেকো।

( অশোকপা মুপীহু ষ্ট্রেচরদা হাপত্নুনা পুখোরকই। এমবুলেন্সতা থাক্লংখি। নর্স অমগা অটেনদেন্ট অমগা লোয়নখি। ডাক্তরনা মাওদা তোংখি। কৈথেল মুপী ময়াম থোক্নুননা মপি তৈথোক তৈথোক লেপ য়েং লৈহৌই। )

( লৈস্না উকিল কোর্টক্কী পাউ তাহ্নুনা ডাঃ নোংলেনদা তমগে হায়দুনা গাড়ী য়াওনা থোইদ্লকই। ডাঃ মোংলেন মমঙ কয়া মুংঙাইতে হায়দুনা মাপী আলনিরা মন্থু দৈ খুৎশেমগী খোঙশিংহু লোথোকই। পুথোক্লগ শিং নান্দুনা য়েংদুনা লৈ। ফিংনা য়াম ফিংনা লৈস্না গাড়ীহু থংখাম থামহল্লগা ড্রাইভরদা ষ্টার্ট মুথংকহু হায়রল্লগা নোংজেন লৈবা কাদা চঙশিনখি। )

লৈস্না—ডাক্তর ! ডাক্তর ! নঙ পাউ তারব্রা ?

নোংলেন—ইফিং ফিংলদনা নওসিমা কৈনো ? করি পাউনো ?

লৈস্না—ফিংদ য়াদেয়ে। লাকও চংসে। গাড়ী কাখৎলরো।

নোংলেন—ঙাইখোনে। কৈদৌরগেমি ?

লৈস্না—ঙাইবা য়াদে থীল্লবনি। কৈদৌরগে নত্তে। পল্লবা য়াদ্রবনি। লাকওনে, ফম্মো গাড়ী মনুংদা রাদো হায়গে।

নোংলেন—নঙনা ওসি শা লান লাক্কৌ তৌরিস্নিবু করিনোনে। হায়দোকউ হায়বস্নু য়াদে। মঙনা মঙ মুংঙাইতবনে।

লৈস্না—তানোংথাও ! লয়ফুল ডাক্তরদা, আরঃ এমঃ সিঃ রোমদা থো। শোয়দনা মেইলৈ ওইরমগন্না চিংনৈ।

নোংলেন—( মমিং মনা চপ্প মুংনা ইথক থক্কৎনা ) মেইলৈ কৈদ্রৌরগে ?

লৈস্না—ঐনা কোর্টতগী থোরকপদ্রা থোঙ্গালদা ঙাওনরবম্রৈ তারকপা। মোইরাং কৈথেলদা শন রাইনৈ। শুন রাইনবা অতুদা মুপী মখোঙ তেকপী অমা থাংলোক-পীনবা লৈতবদে শ্রন্নরা নেৎখায়খিরে। শাথীনা শোক্লে। শিবা য়ানা লৈ। পুখৎলকুনা হৌজিক্কা ডাক্তরখানা য়ৌরকহৌরি হায় তারকএ। মতুদনি ঐখোয়না চংলিসি।

( অনীছুনা ডাক্তরখানা হেক য়োৎবগা থুনা য়াঙনা চঙশিল্লি থাঙথা-শঙ তম। হেক য়োৎবগা থাঙথা-শঙদৈ পুথোরকই মেলৈগী অশিবা হকচাং ফিভোনা কুপ। মচু উবদা অনীছু মুংগী মূর্ত্তিগুম চপ লেপ, মমিং কুপত, মেলৈগী অশিবা হকচাংদা য়েংলি। নীংঙমদবৈ থম্মোই মৈচাক থাঙলি পিরাংলক্কা। )

ঈশৈ—মেলৈ লৈস্না নোংজুমপান
কাদাম্বদি লৈমুংশি
লৈরাং লৈচন খঙদনা
চিন্নদনা কেনথিবা কল্লকই
হো কল্লকইদা কল্লকই
হো পাম্মুইদকো পাম্মুইদা ॥

( ঈশৈগী খোঞ্জেল খজিক খজিক নেমথরকুনা অতিয়া মালংদা তিনথি। লীলাগী মৈঙালমু খজিক খজিক মমথরকুনা পুমমুম মমথি।)

